# তাইবং গাইত্রং



জিঃ সিঃ তোংব্রা

# তাইবং গাইগ্রং

অইব ঃ

প্রোফেসার, জিঃ সিঃ তোংব্রা

( গোল্ড মেডালিষ্ট )

মমল লুপা ২·০০

# লিলা মীকোক

## নিপা

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | লাইশ্রম মাঙ্গোঙ্গাও বিঃ এঃ— | মেম্বর | চহি | ৪৫ |
| ২। | মাইবম তোম্ব— | পুলিশ অর্দ্দালী | ,, | ৫০ |
| ৩। | ,, যাত্রা— | ,, মচাহন | ,, | ২৭ |
| ৪। | ,, য়াইম তাকু— | ,, মচায়াইম | ,, | ২৩ |
| ৫। | ঙাংবম বাবু— | মরুপ ,, | ,, | ২৪ |
| ৬। | মধু— | পুলিশ এসঃ আইঃ | ,, | ৩৫ |
| ৭। | কেরাণী— | মেম্বরগি মীনাই | , | ৪০ |
| | মী অতৈ খরগ ... । | | | |

## নিপী

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | সনাতোম্বী— | মেম্বর ওংবী | ,, | ৩৭ |
| ২। | তম্পাকলৈম— | মচানুপী | ,, | ১৮ |
| ৩। | চাওবী— | য়াইম—মা | ,, | ৪৪ |
| ৪। | মৌ অমোবী— | যাত্রাগি | ,, | ২০ |

---

# তাইবং গাইত্রং



১/১

মতম :—য়াওশং মতুং নোংম, অয়ুক পুং ৮॥০ তারে।

মফম :—পুলিশ মেম্বরগি বাঙ্গলাদ কা অচৌব নাল্লব মাইখম্ব অনী থোক্ক খায়ব অমদনি। নিংথিন লৈতেংলব মেজ অনী, চৌকি অনী থারি। মেজ মথক্ত লাইরিক, মিংশেল, টেলিফোন সেটমচিংব লৈব উই।

মহারাজ কুমারী মাতোম্বী ফনেক মপান নাইব শেংলি, মুগা ফুরিং লিংলি, সনাখুজী শি, মঙক্তে সনান ইজাং জাংই, খুদোন খোংউপ য়েশমগি তোংই। হঙ্গং হন্দা চংতুন মশম জম জম লাওবতু হাংলি, মাগি চৌকিদ ফমদুন মিংশেলদম্ব অমুক য়েংই। মীন মাবু উশিত্তবগি মথক্বাই মুংজাইতন উই। শাওরপ হঙ্গং হন্দা চংলি। মাবু পৌশাদন অতোপ্প মেজ মথক্ত গাইত্রং শাম্নরিব স্থট শেংলব মেম্বরদ মমিং খান খান য়েংই। মেম্বরগি টেবল মথক্ত গাইত্রং লাইয়ুম, পো থম্মগ মেম্বর অমম্বুং পুলিশ তাতোম্ব গাইত্রং শাম্নরি। তোম্ব ফৈজোম শেংলি, কাল অমদ ফমই।

মেম্বর —তলব ১:॥• চাব পুলিশ তাতোম্বন চনি চাব দরবার মেম্বর ঐত্তোন্দগি কল্পিগুম্ব হিরমদ লাকচব য়ারোই।

তাতোম্ব —হিরম অতৈদদি খংজদে গাইত্রংদদি তলব য়াম্ব চাবন চৎনরোই অজ্ঞ।

মে — নংগি সেনাপতি ঐগি শগোলন চারিবশিদি (তোপ লাওন চাই) বল্লোভ প্রেম সে ক ......।

তা —চাবিরে হনবিরম্ন, সেনাপতিন গাইত্রং থোইব নত্তে অজ্ঞা। খোংবৌসি ইনখংতুন শামু ওল্লগ শুমহবসি মিৎয়েং তাবিয়ু বল্লোভ প্রেম সে কে......।
খুদক অসিদ স্নাতোম্বীন পরপ পরপ চংলকতুন গাইত্রং মুন্দুন লোইশিল্লি।

স্নাতোম্বী —অফিস কাব থেংখ্রে চংলো তাতোম্ব (ইন্মোকখি)।

তা — (হম্ম য়ংলগ সেনাপতি পীজরগ শুম্ব গাইত্রং পুরনস্থ লৈবনি খংবিতৌ অজ্ঞা।

(তাতোম্ব চৎখ্রগ মেম্বর চিন্তা তৌদুন শাওন লৈহৌই, তোম্বীস্নাস্থ শাওন মাগি কাদ চংখি। মচানুপী তম্পাক্ক হাওবী অরাংব শেৎ, মুগা অরাংবগি ব্লাউজ অম লিংতুন মশমক্ক রুমালন ৱাই ৱাই তাহনব য়ান পুনখৎতুন পারম্ব লাইরিক পাইদুন মপাগ মমাগ ফিফি কাম্ব শাওনবগ'লোম্ব পোংনাওদ য়েংলম্বদগি দাতলা মথক্ক কাখৎতুন মীনাই কেরাণীবু ইঙ্গিৎন কোম্বগ ঈশৈ শকই, কেরাণীবু তবলা য়েহল্লি)।

## ইটৈশ

খঙন খঙন খঙগৌদেনে
হৌখরেনে মতম অদো।
খংন চৈন য়ৈন শুন
মুঙাইবনি তম্মিন্নব।
খুজিন্ন পোংপ য়ান চিকপ মফম্নি,
অম অমী অহুম মরী কয়া মাযে।
পথাপ্ন খাবিবে, কাংগ্রুন থিনদংলে,
ঙ, ঙ, ঙ, অ, আ, উ, উ, অয়ো ইমা।
উঝাদ তাকে খঙগনি, নং ফুহনগে,
কোক কাক খং খং চং খং তঙ খন্দত তং।

(মেন্মবন Calling bell খিংলকপদ তবলা থমত্তন কেরাণী পরপ পরপ চেংখি, তম্পাক লৈমন তুংদ ইন্নরকই।)

কেরাণী — (মখুং লোন্নদুন) অজ্ঞা, স্না য়াথং করিগুম্ব তাক-পিগদব ?

মে —ইবেম্মা লাইরিক তম্ব কাদ্রিব'?

কে –কাদ্রি।

মে —ভুহাক্তং লাও হায়যু।

কে — অজ্ঞা। (চংকে তোই)

মে —চাক লোইরব্রাও ?

কে – লোইজরে অজ্ঞা।

মে —থিদোকতুন ইংহল্লু, হয়িং হুম্নম্মু।

কে —অজ্ঞা। (চংখি)

( মপান্দ তম্পাকলৈম উন্নবদ চংউ কৌরি হায়ন ইঙ্গিং তৌরমই। তম্পাক্ত মপাবুংগি মনাক্ত চংই, মমান চিন্তা তৌত্তন ফম্মিবত্ত হাইরপ য়েংলম্মী। )

তম্পাক —পাবুংন কৌবিববু কন্নিগুম্ব তাকপিগদবা ?

মে - নমাশিজদ ঐ কনামো তাকউ; অতাংব লাইব্রিক হৈব বিঃ এঃ, লুপা চনি তলব চাব দরবার মেম্বর and so on.

তম্প - আই সী; ইমাসি, ঐন চহি ১৮ শুরত্তুন মেত্রিক থাদোর ফাওব ঐখোয় পাবুংবু শক থংবিদ্রিমানে, অমুক্ত তাকচগে হায়রোবিগন্ত। পাবুংগি মিংদি মাঙ্গোলজাও কৌই, য়ুম্নাক্ত লাইশ্রমনি। মহৈন বিঃ এঃ পাশ, মণিপুরদ অতাংব লাইব্রিক হৈব মীনি হায়ত্তুন শোয়রোক্ত ১৭পদ ওলেম্পিকী লমজেল থুংলবগুম মীয়াম্ন য়ৌ য়ৌ য়েংনরিব, কুজিক তৌজরিব থবক্ত পুলিশ অমসুং জেল পুব দরবার মেম্বর। তলবন পৈশা ৬৪ ন শাব লুপাত্তু চাম চাম থিবদ অমত্ত নত্তে অনী। ধর্ম্ম লৈবদ, দান তৌগনবদ, অচুম্বগি মিচং চংবদ মপা লৈত্তন মমিং চৎলিব ঐগি পাবুংবু মশক খঙদন করম্ন লুহোংবিক্র-রিবনো? লৈকাইন শেম্বিত্তুন চেন্নকপনি হায়ৎস্নু তাজদে।

তৌম্বীস্না —লাইব্রিক বিঃ এঃ ওইরবস্নু হিঙ্গোল চংগনর ষণগি মকোক পাল্লবদি কাওরম্ব য়াই; নং পাবুংদ ঐ কনামো হায়ত্তুন থর তাকপিয়ু। মহারাজকুমারী, স্নালৈবাকসিগি মণি-গুম্নব পাথংমথৈন লৈশারিডৈ থাবল চোংবীদ ইথুং অমুক্তং পায়জব ফংলবদি কৈ মকোই ফোইরুগে শামু লমশা কারুগে হায়নখিবী নমাশিজনি।

তম —বিঃ এঃ পাশ তৌমব অ৹ক য়াম্ব পারা কাব তম্ব পাবুংম ইমাশিগি মতিক মগুণ ,মশক মতৌ ময়ল মথুম অত্নক য়াম্বু করিমত্ত নিংশিংদবনি করম্ব দুর্ব্বাশা মুনিগি শাপং৹া অত্তক-পমি পাবুং নিংশি৹দুন য়েংবিমু, পাবুংন অ৹তৈ লুহোং ফালদ ফম্মিতৈ কুন্দোপরে৹ অত্তৌব পায়দুন, মপা লৈতম ফজৈ হায়ম মমি৹ চৎপী, মণিপুরেশ্বর মহারাজগি মচা-ইবেম্মা, মশক্ত মহৈদ মরৌশিংদ মপা চাব বর লৈরবোই ফায়ন মুংশা থিনরম্বী লৈশাবী, মমিংন ম্নাতোম্বী হায়বীদু কাওবিরব্রাও ? ইমাশিবু শক খত্তবিব্রবদি, নত্তে পাবুংবু অত্নতৈ লুহোং৹ফালদ উইবিরুরব্রাও বেন্দ পাটিগি৹খোলন শুমহৎতুন ?

মে — নং্দি খংলবোই ইপাগি ইবেম্ম মতম অত্ন মতা অমনি। লাইরিক হৈব মশক মতৌ ফজব নংগি পাবুংগুম্ব জাৎপু লৈবাক নিংথৌন অমসুং ময়ল লৈব অত্তম অথৌশিংম লাং থাকতুন ফারগ ম৲াম্নপী শক থবী, চিম্বিবী, মহৈ তৈতবী নত্রগ মুম অমগি মবেম্মা ওইবদ মতিক চায়োইদবীদু কন্যা কৎশিল্লি।

তম্পা — লৌজরোই পামদে, মাই তম্মোই হায়দুন চেমব য়াব্রাও পাবুং ?

মে — লাইরিক হৈব মীসি মকলাপ খর শোন্দুন চেমব পাংদে মুপীমচা।

তোম্বী —চেল্লবদি চয়া হেল্লোইব্রাও থবক ফংদদুন, মুপীমচ' ভাব তাও।

তম্পা — মতম অদু মুপী থাজবদ থবক উল্লরমবোইরেকো ইমাশি ?

তো — লাইরিক থম্ন হৈরগ এঙ্গাং অহাওব চাব কংব্রাও, মফি অনানব শেৎতুন চেক্কী দলানদ লৈব কংব্রাও ? ঐ লুহোংবদ উল্লকপ লৌ পরি ১০০, দরবার মেম্বরগি কম বঙ্গলাসি শানরিব চেকমুং, কার অমসুং মতুগ মতিকচাব কিরোল লিক্কোল উপু কাংথোল…… । লুহোংব্রিদৈদ কৈজোম খোংদাই শেৎলম নপাবুংনি কাওরব্রা হংউ ।

তম্পা — দরবার মেম্বরগি কম য়াওন পোৎচৈ অমুক য়াম্ন উল্লক-ইবী মহারাজকুমারী অমবু পাবুংন ছজিক অসু । পাম্বি-ব্রিবু করিগিনো ?

মে — ইপাগি ইবেম্মা, নমাশিজগি উল্লকপ পোৎ ১য়ামতুগি মমুংদ পাবুংগ পরুদব অম য়াওরকই হায়ব খঙহৌদ্রে অদুননি । ( মপী তৈথোকই )

তম্পা — করিনিম পাবুং ?

মে — মীগি মরাল লাওথোকপদ অমসুং ওইদব ভাংবদ অরাব খঙদব মচীন, নমাশিজ মহারাজ কুমারীগি । অউনপোৎ মরক্ত মৈগি চীংগুম মচীন অসিমক্ত যাওরমদ্রবদি য়ুম অসি ইংন পান্দুন নহাক্কী লাইরিক নিংথিন ঔরাইব য়াব মকম ওইরমগদোবনি ।

তো — নমাশিজবু থাদতুন ভাংলিব মৈচাকখোন্দু তানিংব্রা ইবেম্মা ? কনাগি মচিন্দগি খোরকপ মৈরীক বানো ? মান পামদে ছায়তুম দাক্তরদ চৎতুন ইচিক্সি ককথৎলুরদবু ঐবু মীন

ঙাওই হায়নরোইদ্রাও। নংগি পাবুংসি মীন খাংব ভম্ব হিংচাব নত্তেয়ে। লাইন শেম্মকপ চীনবু ককথংলুব য়াওব্রাও ( কপই ) মুপীবু মশক খঙদব নিপা লাইরিক্কি মীদ লৈদৌ শরুক ঐদ শিজখ্রগে হিংজররোইএ। ( পোং লংখায় )

মে — শিখ্রব লায়বসি অরেম্বদ মাংহুন তোকই হা মুপীমচা ? অরেম্বদ মাংদোশরুক চাওখংনব থবক শুনিঙাই লৈত্তব, মুপীবু লাইরেম্বীগুম লাংপ, মশা খর নাল্লগ কুম্মে কিয়োংদ থবাই লুপ্পা ভম্ব নিপা য়াম্ম মণিপুরদ লৈ। শেংপ চাব বাংহল্লোই হায়রগ হরাও হরাও যাবকদব নিপ য়াম্ম মণিপুরদ লৈ, মখোযদুগিদমক্ত হিংখিব য়াই।

তো — লাইরিক হৈব মীগি বাঙাংদু তাও মুপীমচা ! লমচৎ নাইদবী মচিন্দদি খোইগী তৈবী, ফীরোল লিকোল খর খোনবিগে হায়রগ হরাও হরাও য়াবকদবী মচা মবা হুন্দোক-তুন চেল্লকদবী, মচিন্দম্ম রাশী য়াম্ম লৈবী মুপী ম্নালৈ-বাকসিদ য়াম্ম লৈ। অপাম্ব অম খল্লগ য়াওং ইঙ্গখ্রো হায়য়ু নং পাবুংদ। যুম অসিদি ইমা-ইচান লৈহৌরবি হায়য়ু।

তম্প — য়ুম্বানব মী কযান চাব বাংপগি, শেংনিংঙাই মনিং থুংদবগি, ময়ূম নোং য়ুবগি, মচা মশু লাইরিক নিংথিন তমহনব ঙমদবগি বানরী। অনা অয়েক কয়া মংহুন বাখোক লাম্থোক মকোক ঙাওদুন সেনাপতি য়াওদন গাইত্রং শারবঙুম হিংনরি। খোংবী খোংনাও অমক্তাও তেক্তন, শগোল

শাম্ন্ অমকাও শিখিব নত্তন পাবুংগ ইমাশিজগম চৎপিরিব গাইত্রং খুৎচৎ অসিবু নহা ওইজরিব খোংনাও নচা ঐবু জ্ঞান মাংলে। ময়্ পান্দ্রিবৈদ পোক হৌরকপ তারে। লাইরিক অমত্ত তমনিংঙকত্রে সত্য। (শাওট)

ভোম্বী — লাইরিক হৈয়গ মীরোন্দ পংনমবনি তম্মুম্ন সুপীমচা, ইশৈ জগোইদুম তম্মু।

মে — বাসক শকপিগি মত্তুং ইনব মুংঙাইনব পুং তম্নমগদবদ অরেম্বদ বিঃ এঃ পাশ তৌরুদুন দরবার মেম্বর ওইদুম তোকইদা। পুন্সিগি গাইত্রংসি মুপীমচা, খুৎলাই ফন লৈরী হায়দুন অরেম্ব খুৎইন, কান্নদব খুৎচৎ অমত্ত চৎপ য়াদে। দরবার মেম্বরনি মুঙাইরবনি হায়দুন নমাশি বাসক শকপিগি শমজিরৈ থিদুন মতম মাংহনব য়াদে। লৈবাক্কি তুরান চিস্থী, য়েনব ঙাৎনব, নমথাক লোনম ময়েং তাহনব জেলগি, ফাদোকশিংবু জেলদ অমুক হল্লক্কনব তম্বিখিব পুলিশ অমসুং জেল মেম্বর ঐগি ইথৌনি। গাইত্রংসি ফজন শান্নব লাইরিক পাব তাই, রাখল তোব তাই, থবক কয় শুব তাই। জগোই য়েংদুম ঈশৈ তাদুন অয়াম্ব মতম মাংহল্লবদি, নমাশিজন চানবিনব ইথৌদ থওইদ্রবদি থানাদগি জেলদগি লৈবাকমচা কয়ান মাইকৈ মাইকৈদগি পেন্দব কয়া লাওরকনি য়েংত ওইদ কিস্তি পৌজিল্লকনি।

ভো — কিস্তি থৌরকপশিংদু পোক পোক থেকতুম চাথোকলগ লোইথরসে। ঐখোয়ন শাম্নরিব গাইত্রংসিদি খর ঙাক্নম

লৈগদবনি, থৌমা পংক করগ শোইব থোক্লবদি খুংলাইদ লাংতুন তোকনি, মিংচং থীগনি। তৌনিঙাই লৈতবা মীদন হিমালয় চীং কাদুম ঈশিং ঈপাক লান্দুম মিংচৎ তাঙ্গবনি, স্নেক্ক তিংখঙ মক্ত শগোল থৌজিনবনিসে।

মে —অনৌ অনৌব শেমগৎনব শাগৎনব হোৎনব মওন হিংবগি অর্থবু কম্বিনো? মীবু হোৌদোংদৌন ফুনাক্ত কুন্দুম লৈগদ্রাও? মুপীমচা নংবু পাম্বা অম তম্মগ তোকপ্রাও? চহি খুদিংগি ক্লাস কাখৎনব হোৎনদ্রাও? লৈবাক্কি মরুপ্নি হায়তুন ইমিং চৎলিব দেশবন্ধু মাঙ্গোলজাওবু মিংচৎ মথং মথং তানব তোক্কুন বাশক মতুং ইনব হৌদোং লমকোইব ওইরদ্রাও? ফৌজদারী কেশ ময়ামসি মমাশিঙ্গন অপাম্ব মতুং ইম্ন অচুম অরাল লেপহল্লগ ঐবু Rubber stamp ওইরদ্রাও?

তো —নিংখৌগি মচামুপীবু অতুক উশিঙ্গন ঙাংবগি থৌন লৈব মেম্বর সাহেব! নংবু করম্ন রাজবিদ্রোহীনি হায়রোই? মহাকপু পাবুংন দরবার মেম্বর হাপথিববু ঐবু থীন চৈনব্রাও? নশক য়েংনিংদে, য়ুম অসিদগি চৎখ্রো। বিশ্বাস ঘাটক! (তম্পাক মুংঙাইতন মনা মেল্লি) নংবু ঙসিদগি মহারাজ কুমারীন থায়নরবনি।

তম্পা —লাইরিক তম্ব কাব থেংখ্রে, খৎনবিহোৌরো, সাক্ষী ওইবকা ঙমজররোই।

(মথুং কমথোক্কুন চৎখি)

মে—ঐবু ভসি খাইনবিব শোইদ্রবদি নয়ান খুরুমজব য়াব্রা ও?

তে—নয়ান খুরুম্বদুদ ভয়াং বানোম্ব লাকপী মৌ নহা অমী অহুমদুবু ফোলা চায়ো চায়দুন বার্ত্তোণ তৌজখিকাও য়ারনি। অদুগ য়ুমসিদ নয়ান খুকম্বদি য়ারোই, হোটেলদ্রা, ডাকবাঙ্গলাদ্রা ভসিমক হোংদোকখ্রো।

মে—বাঙ্গলা অসিদি ঐগি ইয়ম্ম অয়াম্ব পুথোক্লুন শাখিবনি মহারাজ কুমারী।

তো—নংগি চংখিব শেলদু কযানো কুপ্ন পাজয়ো পাই অমত্ত বাৎতম হন্দোকপিরকনি।

মে—বাঙ্গলা অসিদি ঐগি ওইহৌব তাই। নংন হাপখিব লুপা লিশীং কয়ানো ঐ হন্দোকপিরক্কে।

তো—মদু য়ারোই মেশ্বর সাহেব। বাঙ্গলা অসিগ তম্পাক লৈমনদি ঐন লৌগ্লোগনি।

মে—নংগ লৈমিন্নরবদি মুপীমচাসি লাইরিক হৈয়রোই, জগোই শাদুনা তোক্লনি।

তো—মেম্বরম তাক্কদব মফমদ তাকউরো, বাঙ্গলা অমসুং মুপীমচা ঐগিনি, মহারাজ কুমারীগি।

মে—মদুদি মমাক ইবুঙো ঐবু খাইননিংদবগি বানি সনা।

তো—ঐস্ম মৎস্ন হায়ব যাই। মুপীমচা অমসুং বাঙ্গল অসী থাদোকনিংদ্রবদি মজাইবেম্মা ঐন হায়ব খর খর ইন্দুন মরমওক্ক বা খঙন লৈয়্য মমাক ইবুঙো।

(মেম্বরন শাওন হঙ্গৎ হন্দ চ'লম্বদগি চৌকিদ কমই, কাল গ্রোং গ্রোং কাওথেকই)।

তো—ভাওশিন্নবু পোৎ চৈ লংখায়গনু। মুমসিদ অহাওব চাহুম সুম লৈখিগে হায়রবদি মরম ওকউ, মহারাজ কুমারী ঐন হায়ব ইল্লু। ভাব ভাবত্রা মমাকইঙো মেম্বর?

(মেম্বরন মমিৎ খা-ন য়েংই।)



# তাইবং গাইত্রং

## ১/২

অয়ুক পুং ১১ তাবদ। লমলোং মরী ফাংবদ ছাটিন অমা য়ুংই। পুলিশ চাওবন signal তৌদুনা Stand দ লেপই থাও থাওদ লাইরিক লোংলগ বাবু অমসুং য়াইম মাইকৈ অমীদগি ল্যাক্লগ লাপ্প য়ারী শাই।

য়াইম—স্কুলদ লৈহৌত্রাও ?

বাবু—ঙসিদি কায়ক্কে হাই।

য়া—অওইত্রনে ?

বা—মমান্নবীশিংদ হংলে কায়ক্কে, Quite sure.

য়া—ময়ুমদসু লৈব উদে কদায়দ চংখ্রিবনো, ঙসিবু কয়াম্ন থেংলন্নিদগে ?

বা—ফাস্ট পেরেৎ তাখিবদ মঙাইন্নি।

য়া—চৌকিদারগি ময়ুমদ কন্নি কন্নি চাদুন লৈথোক্লম্বসু য়াই, স্কুলদ অমুক চংলুখিসি।

বা—ময়ুমদবু লৈরমগনিনে Dear Yaima মঙোন্দবু মাম ঙসি কানি হায়ত্রাও ?

য়া—মাগ য়ারী শাকনদি হায়রুব্রু ঐবু মাম শক মুম্ন থঙইত্রা থঙলিলোইত্রা থঙদে।

বা—অতগ ঙসি কয়ম্ন চেন্জি হায়রিবা ?

য়া—চেনগদব মত্তে, চিংগদোবনি Dear Babu Sing I love her.

বা —থক কন্নিমত্ত খঙনত্রাও? Dear lover!

য়া —য়াওনংগি থাবল চোংবীদ মথুদাং তাইহাক্তং পায়রুয়ে, ওষ্ঠোক্ন মুংশিগ্রে দিয়ার! মাবু চিংলগ কাদৌক তাবল ঐগি পুন্সিগি উদ্দেশ্যনি aim of my life বিদ্যা শাক্ষী।

বা —Police and Jail member গি মচামিন দিয়ারল নিংবিরিবদু খুংবদি থিল্লোই। ময়ুমদ অমুক্তদি য়েংলুখিসি।

(থরা চৎলি)

য়া —(লোম্ন) আদ লাক্লে দিয়ার! অমুখাইদ লুম্মুসি।

(হন্দোকখি)

(সাইকল তোংতুন তম্পাকলৈম লাইয়িক তন্ব কায়কই। পুলিশ মনাক্ত কুমথরগা কমানো য়েংই)।

তম্প — তাচাওব মত্রাও?

চাওব—মানি ইবেম্মা। (ব্যবহার তৌই)

ত —ঐগি fountain pen মেজ মথক্ত হন্দোক্লম্মে, অমুক্ত লৌবিরুবা ঐ য়ুমদ হন্নিংত্রে।

চা —ঐদি Duty পুরি ইবেম্মা।

ত —[illegible] হন্নিংত্রতুন তৌবনি, নংগী Dutyদু ঐ পুনিহোগে, কোয়েংকা খুত্ত উপ্লীদুগ পীরম্মু। (চাওবন পীরল উপ্লী), ঐগী সাইকলসি তোংখো পরপ পরপ লাকউ।

(চাওব চৎখি, তম্পাক্ন লেপতুন sign তৌই, বাবু [illegible] য়াইম লাগ্ন লেপতুন লোম্ন য়েংই)।

ত —( হুইশেল খোংলগ ) হায় stupid! টাউন্দবু গাড়ী অচুক কয় থোৱ্রাও ? পুংদ মাইল মঙাদগি হেয় থোব য়াদে, খবরদায় তপ্প থোচুন চৎখ্রো। হায় সা্ইকল অমদ মী অহুম তোংচুন চৎপ য়াদে, মখোয়দ শিজয়বদি চাক হোংব কৈ হায়ববু মুপী অঙাং শোক্নি নহায়। Keep to the left নশা নশাগি ওইথংব লম্বী চিদাইদ চৎলো ! মসিবু কয়ায়ক হায়মদগে টাউন ছোকড়াদ।

( য়াইম তাকুন য়ু ঙাওশিন্নচুন wrong side তা মখুৎ হায়চুন মখোং কাফৈ কাকৈ তৌচুন চৎলি )

করিনো করিনো! থোরিব শগোলচু side ওয়রে। ( হুইশেল খোংচুন sign তৌই ) লম্বীদ লম হেল্লিব মংবু কনানো ? you!

য়াই —ইমাক্ত লাও তাকপিগে ( লোন ফাইন )

তম্প —লম হেল্লবদি ফাব তারে।

( মমাক্ত শাওন চংই, য়াইমন খোংগোও ফুরিংখাওদগি Toy Pistol উৎলি )।

য়াই —লেংদন লৈয়ু। ( ঙাওব তোকই, মখুৎন sign তৌবদ বাবু চেল্লকই ) মাগি মহুৎসি নহাক শাহৌ।

( বাবুন লুহুপ, হুইশেল খুৎকী Globe লৌচুন শিজিন্নরগ ( পুলিশ শাচুন লৈহৌই। মশান খাকী খোংগ্রাও শেৎপন মালই )।

য়া —মাং থাচুন চৎলু, রিক্সা তোংগদবনি।

ত —কদায়দ চৎকদৌরিবনো ?

য়া —স্নাহল লোকচাওদ!

ত — করিগিনো ?

য়া – পিক্লিক চৎতোরিবনি।

ত —য়ু দগি জিপ লৌরুবগা কৈথেন্দগি ঙা চাক লৈঙগ চৎলিদন ?

য়া —নতাৎ তৌদুম মাঙ্গোকপ য়ায়োই, চৎলু।

ত —নংগি পিষ্টোলদুবু কনাগি অঙাংব শাম্নবদগি হুরাম-লকইবনো ?

য়া —ঐন থওইন শাবনি।

ত —নংগিসি ঐবু চিংইব হায়বদুরাও ?

য়া —চৎলিব নথোংদ হংউ। হায় রিকশাবালা ঙাইখো।
(মথুদাং পায়দুন রিকশাদ·· · )

খোঙ্গেল —কৈনো কৈনো! পাথং অমগ লৈশাবী অমগ ?

বাবু —পাথং লৈশাবী হায়নু তৌহৈদে, মচিন মপবালিনহায়!
নথো নথোদুম চৎলু।

(পুলিশ চাওবন oyole তোংদুন লারুগ stand দ লৈরিব পুলিশতু মান্দদুনা মুন্ন ওক্ন য়েংই। ওক্ন ক্লোইয়েং য়েংদুন লৈ)।

বাবু – লম্বীদ পৈদুন য়ারী তৌবিনো; পুলিশকি মথৌদি পুলিশতা।

চাওব— কনা ওইরবনো ঐবু ? (নকশিল্লগ)।

বা— ঐ তাদবু ঙাইজরিবনি, অদুক কুইরিরকইব করিগিনো।
(Dress পী)।

চা— পুলিশ মেম্বরগি মচাম্নুপীদুদি ?

বা— ঐগি রেলী তোংত্নুন মেম্মদি স্কুলদ লেংখ্রে। ঐবুমাগি গাড়িমচিংব থিল্লকউ হায়রম্মী। থেংখ্রে অামোইমম্মদি, ঐ চৎলে তাদ।

( পুলিশন চি নরপ পেন পীরগ লৈহৌই। মামুন সাইকল তোংত্নুন পেন হাপ্পগ থোখ্রে, ঈশৈ শংত্নুন )।

হিম্মত হৈ যিসকী,

মুহবত হৈ উসকী;

দিলকী ত্নুনিয়া হৈ,

সতরঞ্জকা খেল।

পুলিশ চাওবত্নু ঈশৈশ্নু মতৌ তমত্নুন শংহৌই )।



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৩

মথংগি মুমিৎনি, অমুক পুং ১০ তারে। পুলিশ তাতোম্বগি লাইর মুম্মন বা ইম শাবমি। মাঙ্গোন্দু নোং মুবগি মচুম তাকম উই কল্লাংদ। মনাক্ত থেৎলি চে: "হুরানবগি মরুপ নত্তে; শেল চাজদে, পেরুক চাজে।"

চন্দোল চৱা ইরং লংন থিল্লব পুলিশ তাতোম্বন পোষাক শেৎপ লোইরগ চাকচা তোকপগি হিদাক থকই রবর তোংজে পারদুন। মমাংদ মিংশেল থারি, চেপ্ন য়েংই।

তাতোম্ব —নিপামচা, ইপাগি যাত্রসিং।

যাত্র —(ফু রৎ নঙ্গলদ শেগাইব উব অম লিৎলদুন, কৈজোম মপান অপাকপ কোইশিন্ন শেৎপ যাত্রান ফিনাৎ অমনব অম ফিজেৎন তক্লুন থোরকই)।

বাজি ঐবু কৌবিত্রা?

তা —অমাদি নিপাম্মচা?

যা —বাজিন চানব ক্লা মনা শোৎপ চৎখিমানে। পূদুন, শোত্তুন, রাইদুন বাবু ওইদোশরুক থানাগি বাবু অতেগুম শেল চোপ চোপ চাওবা বাজি।

তা —ধর্ম্মন লেংদব লম্নি নিপাম্মচা। পুলিশ লাইরব, শেন্দোনব বাবু হায়দুন রান তাল্লব মিংচৎ অসি পুল্লিগি গাইত্রং শাম্নব লোইরমদাইদ মী ওৎতুনা তা চার্সরা? হুজিক

মমান শুব পেরুক কাংশুড্রবু চাক চংত্রাও? কাইন্নব ইমান্নব লৈরগ, লুখ্রাবী শেংগাওদ ফুম নম্মগ কাব পেংব থন্নাক চাবদ মরুন পন্দুন শিনিংদে ইপাদি।

যা — অশাই নোং ফুং ঙানবদগি শামুও শগোলও কনাগি খোংবী খোংনাও ফাওব লাক্লন তলব ফংদ্রিবা হায়দুন থৌন্নব কিস্তি ময়ামদু ইমানদি কনখি হায়বু বাজী তমদুন খা-বাং নোংপোক-নো'চুপকি দোকান ময়াম্ন থৌজিল-লকপনিদো।

তা — কিস্তি ময়ামসি ঙাক্লব নংস্ন থবক থন্ন লৈন্নবদি ফংলনি, মনাৎস্ন কিলাস নায়েন পায়ন্নবনিন ঐখোয়ন বাদোব কুইদ্রে।

যা — খোংউপ অতংপসি তোংলগ ফুন্নিং শেগাইবসি লিংতুন ত্রৈন থিব থবকসি ফন থি বাজী, কান্নদে। কম্পাউন্দার ট্রেনিং য়াওজগে তোই, লুপা ৫০ পিয়ু অমুক হায়, মাইনন্ন পাশ নত্তে অমুক হায় ঙান মাংই। ড্রাইভন্ন পাশ তৌনব হেন্দিমেন ওইদুন থন্ন য়েংই, ইকাইব মফমদ পাও চংলু য়াদবদগি তাম্হোক্লক্লে।

তা — জেলগি চম্প্রাসী বানোমদুন য়ে'সিবা?

যা — লুপা য়াওদন কান্নবোই বাজী।

তা — শেল পীজদুন থবক তৌদোশরুক মুংঙাইন লৈয়ু ইচাশিন্দি ইপান থাক্লনি। মনাওন ঙন্নাংদগি চল্লকত্রিবসিদি কদাইদ চৎকনি হায়ন্নম্মী?

যা— ম্নাহল লোকচাওদ বনভোজন হায়ত্র কব্বিনো চৎকনি হায়বগুম তৌখিবনি। ভসিফাও হল্লক্ত্রিবসি কব্বিগিনো খঙদে।

তা— চৎলু ভাংবম বাবুগ য়াম্ব তিম্নবদায়, মখোয়দ অমুক্ত হংউ। নমাস্থ মং মুভাইতে হায়রম্মী, ঐস্থ মিৎ চোংই, ছজিকমক চৎতুন খর চংউ।

(যাত্রা চৎখ্রগ মমা মোমোন নোকপী ইশিং পুন অম মকোক্ত পু, মুগা কনেক অফোংপ ১ শেৎলগ খুদৈ অম্নাংব ইম, মথুৎত ক্বা মনা শুম্নু খর পায়দুন চংলকই)।

তা—ইশিং শোকপিরুরিবসিবু ইচাগি মমা নত্রাও?

ম— মান্দ্রবাও কৈদৌম্বগে?

তা— লুমদি লুম্মরিন, অমুক্ত লেপখো বা হংগে।

ম— কৈদৌরগে?

তা দারোগা বাবু ঐগি মাই য়েংদন্থন পুন্ পুন্থন নংন টৌটি ইশিং শোকউরিসিবু ঐখোয় ম্নাবুন্দুবু কদায়দ চৎখ্রবগে? নংন অদুডৈ নৈশারিভৈদ ইশিং শোক্লব ম্নাবুন্দুন শোকউ হায়রগ লম হেল্লিবসিবু …… !

ম— মখা থংবগি মুপীমচান বাইখিয়ে তলব চাব বাবুগি ইমুংবু কমানা নোক্সগদগে হায়দুম পুন্ পুন্থম শোকউরিবা। ক্বা তপচরকখিগে মুমিৎ থেংখ্রবাও? (চংখি)

তা— ঐবু নংন পীজমিংবসি ইবেম্মা পীজনিংইদা। পৈশা কয়াগি শোৎলকই?

ম— ঙসিগি পৈশা অনীসিগদি মনিং পুকান্দগি ক্বাদদ শিকিহুৰ শুরে।

তা— মংন ঐবু শোংতুন পীজৰ ইকাইদবসিনয়া ঐখোয়ন মংইবসি খঙদ্রে।

ম— বাবুনীম শোংপবু করিগি ইকাইরুগদবনো ?

তা— হন্দক্কি থাসি চৌথ্রবদি লুপা অম হাপতুন তলব লুপা ১২॥ চারনি, অড্র ওইরবদি থা অনী অহুমদ ৫ পীব সনা অক্ববড্র নংগি শল অমতং কাং য়োদ্রিটে লেপশিলজহৌ।

ম— ( ক্বা মতপ অনী পীরগ ) সনাকা লেপচরোই মীগি তোল্লিব শেল ময়ামসিদ কোক্লগ লোইরেদ।

তা— দোকান মরীগ খোংনাংখোং অহুমগদগি ঐখোয়ম পুন্ন তোল্লি-বসি কয়াদি শুরে ?

ম— ( মখুং থেকতুন পারগ ) দোকান মরীদগি ১৯॥ পোংক্কম অহুমদগি ১॥৵, অড্ডনদি পুন্ন ২১৵ তারে, নক্কা ইবুঙোশিংনদি চাৰ থকপদি হন্দবনিন।

তা— তোমসন্নু; থা থুদিংগি খর খর খোগোংপগি শিংগদবনি। মপান তলব চাবগি স্নুংঙাইজসন্নু ইচাশিংস্নু।

ম— ন্নিপামচা য়াইমসি খর লম হেন্দোরি, মতম চান য়ায়কপি-হৌদ্রবদি মীরা তানিকো। ঙরাং লাইন্নিক ভস্ম কাব চংনথিবদগি হুজিক ক্বাওব হল্লক্কি্সিবু কনাগি ইমুংদ চাতুন থকতুন লৈরমদোন্নিবনো খনবদ ঙকই। হায়রুরে মান থোকপ অম খুম্মক্কন্নি, লাক্কব ঙম্মোইদোন্নি, তাক্কে হায়নি।

তা— হয়াম চিঙ্খিবু য়াওরুত্রবদি নহানি ভাওজসমু, য়াওশং মতুংসিদ্ধি পাথং লৈশাবী থয় মথে লাংব ফৌনৈ। অত্তুবৈ ইমানিম চেমবদু য়াওশং মতুং কয়ানি কোনবদনো ?

ম— বার্নি কানব অহিংতুদনি। থাইনগি য়া নিংশিংতুম কান্নদে পাথং ফায়ব নচা অনীসিবু মফী ময়োল মভীক চাম থোন-বিদ্রিবসি কমদৌরিবনো ?

তা - ময়িলগ লোয়নন ফরিব মশা য়েংব, কাবক য়াজরিব মুমিৎ থাগুম্ব ইচা অনীগি মশকশিংডু দোকান্দগি ফিজেৎ থয়ম কুপশিল্লগ কয়ি কান্নদগে মোমোন নোকপী ?

ম— নচা পাথংন ফুরিৎ শেগাইব লিৎতুন চৎখ্রিবদ য়েংব মুংভাই-ত্রাও ?

তা— ফুরিৎ অমনবন মশা অহনব কুপই তায়ব থংহনবনি ফন ফৈম করিনো, ফিজেৎন সনা য়োম্বগুম্বনি।

ম— মীনদি তলব চাব ইমুংনি মুভাইরিনি হায়নৈ, ইমুংদ লৈরিব ঐখোয়বু মুভাইফম থংবিরিত্রাও ?

তা— ইমুংসি চায়া হেনত্রা ? হেন্দে। থাজনা তোনত্রা তোন্দে। শেল থয় তোল্লিবদু তলব ফংলগ থয় থয় শিংগৎপ য়াব ভাক্তে নত্রাও ? নংবু নশাদ ফব-য়াব কয়ি লাইথুং পকপগে ? হা খুম্মুনে।

ম— লাইথুংবুদি পক্তে।

তা—ঐস্থ পক্তে। নচা অনী লৈরিবসি মথোং মখুং তেকপ, মমিৎ তাংব মনা পংব য়াওত্রা ?

ম— য়াওদে—।

তা—ঐখোয় ইমুংসি ঋাথোক লামথোক অশি অমা দশা তাৰ ঋাওব্রা ?

ম— ঋাওদে।

তা—অদুদি ইশৈ ওংদুন লৈয়ু।

ম— কৰি ইশৈ?

তা—মংল ক্ষাব অম।

ম— অদুদি লাইগৌড়ীগি ইশৈদ তারে

ধন মর নিত্যাইনন্দ

পতি মর গৌরচন্দ্র

প্রান মর যুগোল কিস্বর

(ওংই)

তা—শকইব ইশৈদু অর্থ খঙব্রাও?

ম— ইৰলন নিত্যইনন্দনি, ইপুরোইৰম গৌরচন্দ্র, ইথরাইম রাধা কৃষ্ণ যুগল মুর্ত্তি হায়ব নত্রাও?

তা—ধন মর নিতাইন্দ—লে'দব মুংঙাইবন ইরলনি। পতি মর গৌরচন্দ্র—লম্বোইবদুদ করম্ন মপুরোইব ওইগে হায়রুদৌরিবনো? ওইজব থাদোকপ ধর্ম্মবু নপুরোইবশুম মুংশিরু। তাইবঙপানবসিদ ঐগি হায়ব লৈত্রাও. ইমানি ছজিক লৈমিরবিবসি উয়ানবদ চাকতিন্নবগুম্বনি। ইথরাইম, প্রাণ মর যুগল কিশোর, অমুবগ অঙৌবগ জুরা, অচুম অরাল অক কত্ত, পোৎ ওরব খল অদু চুম্ন ওন্নিংব লিচিং লৈয়ু হায়বনি, তাব তাবত্রাও?

ম— মুঙাইবন ইরলনি হায়সিবু ?

তা—লন অশেংবদি মুঙাইচুনতা লৈবনি। মাকুমু মুংঙাইব তম্মু। পেরুক হঙ্গাম চারে মুংঙাইমু, ফনেক খোংদাই শেংলে কপকমু, ফিগে ফনেক শেংপদোন মোমোন মোকউ। অহাওব চানব অফব শেংনব তোংনব, মুংঙাইবনি ফংত্ৰবমু।

ম— সন্ন্যাস ধর্ম্ম চংখ্রব গৌরচন্দ্রবু ইপুরোইব ওইন খনব হায়বসিদি করি ওইদোরিবা ?

তা—ঐগি থাদোকপ, শিরগ করি পুখি ? শিগনি পোং পুন্নমক থাদোকনি হায়বসিন মপুরোইবগুম ভহাক লৈতন মিংউ কাওগনু হায়বনি। থরাইন যুগোলকিশোর হায়বদি অহিংবগী মথৌ নহাগি থৌনা লৈব, অমুব অঙৌব চপ মান্নন খনব মিচং নাইদব হাযবনি। পুনশিল্লগ শিগনি লোইন থাদোক্লমগনি, থৌনা ফৌ, মিচং নাইগনু, মতম পুন্নমক্ত মুংঙাইমু।

( যাত্রাসিং পরপ পরপ লাকই )

যাত্রা—ইমা নচানিপা তাকুহু মুপী চেনখ্রে হায়ন তারি।

ম— কনাগি মুপী ?

তা— অওইত্রনে কনান হায়রিবনো ?

যা— শোইত্রে ইমা, নচা তাকুহু ফাদোক তাব।

ম— করম্না করিগি ?

যা— জেল মেম্বরগি মচামুপী অমস্ত পোকপীহু ভরাং লম্বীদগি চিংহুন পুখি হায়নরে।

ম— হয়ে হয়ে, মাথোকপ তারে কমদৌনি ?

তা— তুদন তুবদি লৈম তু হায়বত্ন তৌখ্রে। থোনা কৈদ! তাকু য়াইম কৌবদ মতিক হেক চাইদ্রা।

বা— থোনা ফবগি নোংমৈ মরু চায় হায় জেলগি লফু চায় হায় অমদি শোইত্রে বাজী।

ম— মোংমৈ মরু হায়বদি করিগি নিপামচা?

বা— নোংমৈ পায়ব সিপাহী ২০০ থাত্নন শিব থল্লদে ০২ব থল্লদে ফাত্নন পুরকউ হাযত্নন হুকুম তৌখ্রে পুলিশ মেম্বরন।

ম— হয়ে হয়ে, অত্নদি কমদৌনি?

তা— মুন্তাইন লৈয় থোনা ফব মচাগি মমা। ভাইখো নিপামচা! মুপীমচা তম্পাকলৈমন মনাওবু কয়া য়াম্ন পামত্নন হয়াও হয়াও চেনমিয়খ্রিবনি হাযবগে?

বা— মুপীত্নন মশান য়ারবদি চিংত্নন ফাত্নন পুখিবনি কদায়দগি হায়নদগে বাজী। নচান লাকউখ্রিবমে মীগি মচা লম্বীদগি ইকাইদ সত্য ইনাওনি হায়ব।

তা— করিমত্ত বাসু ঐ তৌনরুগে। অরেম্বদ চিন্তা তৌব কান্নদে মুপী। কাংথন অশুপ্ল কাংথোন অহনব শোৎপ য়াগদব মকম থিরম্মু। নিপাম্মচা নং মনাওন লোৎলমগদব মকম থম্ন হুমত্নন থিরু। পুলিশ মেম্বরগ ভাই ওইযু হায়ত্নন ইরাইবক্ত তম্নবমনি। ঐ চৎলে, মুপী, শোৎপ য়াব করোক য়োনবী থরগ উম্নরম্মু। ( চৎখি )

ম— লুহোংবনু তাম্নবদি শোৎকনি শোৎকনি। মমাম্নব কয়া লোয়নখি হায়ন তায় ?

যা— ঙাংবম বাবু মখোয়নীদমি হায়।

ম— কদাইদ লোৎলমগদগে থব থিরু ইবুঙো।

যা— সনাহল লোকচাওবোমদ চৎকনি হায়রমই হায়ব্রা, ঐ অমুক্ত মমাম্নব থব উম্নরুখিগে। ( চৎখি )

ম— ঘায়কপ ঘাব ইচানিপা পোকপ পাপনিদা সত্য।



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৪

লম্বী, সুংথিল পুং ৪ তাবদ মেম্বর অমসুং তাতোম্ব য়াম্রী শাম্নুম চংলি।

মেম্বর— ঐমক্ক পোকপ ইচাম্নুপীবু লমজাও শোয়োক পুলিশ ষ্টেন্দ ময়াদগি চিংখি হাযবাস তাবদ ঙকপ য়ানি।

তাতোম্ব—মণিপুরদ লৈব কনামত্তন থাজব ঙম্মোই অঙকপ য়ানি অস্তা।

মে— থাজনয়োইদব য়াকম ঙইয়বসু যুমদ ঙরাংদগি মুপীমচাদু হল্লক্ক্রবনিন থাজদবদি য়াদ্রব চিংঙ্গুবা অশেংবনি।

তা— ময়াম্ন থাজনগদব য়াকমাদ মুপীমচা ইবেম্মন লম্বীদগি মান পাম্ব পাথং অম কাদুন পুখ্রে হায়রবদি থাজনব য়াই অস্তা।

মে— নংন হায়রিবসি তাতোম্ব ঐগি মচাবু ওক্তে হায়রগ লৈবাক্ক থাজনি হায়রিব্রাও?

তা— কদায়দগি কদায়দগি! অদোমদ নচ্চদে, ইবেম্মগি মতিক মগুন্ন মীচম অঙাং অমদগি হেনংনবন পাথং অচম্ব অমন মাবু চিংবদি শন্ন উয়োকথোং লানবগুম্বান, ইবেম্মন পাথং চিংহুন পুবদি ঢয়োং গুমজিৎন চুরুট মত্তেক শিৎপগুম থোকই হায়জবনি অস্তা।

মে— মতম অসি তাতোম্ব লম হেল্লব ভাওয়ব পাখং য়াম্ন থোয়ক্লে, পুলিশ ডিপার্টমেন্টকি লীচৈ অসি থম্ব নাপ্লে হায়ম মিংই। মরম অসিন হন্দক্তগিদি অভাওব পাখং মখৈ থীম থীন ফুহনব তাম্বি। মুপীমচা চিংখ্রিব পাখং অসিবু কাম্বক্লবদি মীবু ফুহল্লোই, ইখুংমক্ল ক্যামলৈ তিংখং মশা অম পায়রগ মথৌনাহু হন্দোক্কে খঙগ ম।

তা— স্নাথুংন কম্বাগ তিস্ফা কাকক্কৈ তিল্লাইখোম্বী পায়বিরুদগে? ননাই ঐখোয লৈজরী খোংপাক্ল তাডুন অচৌকপদ লোইশিঙ্গবি। অতুগ নিপামচা অ মক্তি মথৌনাদি নৈদকো অজ্ঞা।

মে— অতাংব মথৌননি। পুলিশ মেম্বরগি মচানুপী অমত্ত পোক-পীবু লমজাও-খোংবোক্লগি পৃথ্বীরাজন সংযুক্তে চিংখিবগুম…।

তা — চিংখিবদি ওহম পাথং মশক মাইদব অত্র লৈবাক্ল থঙনহৌমব খোংগোহনবা অম নত্রগ মথৌনাগি মতিক চাব মনা, লৈবাকী ফজম্বরী অম ক্যানদান ফংহল্লবদি ময়াম্ন কল্লক পেম্মনি।

মে— মমা মপান য়ারক্তব অঙাংদু মথম্বাই হাৎপ অম নত্রগ লৈবাক অসিদগি পুান্সচুম্ন তান্থোকপ, মতুন মতিকচাব মনানি।

তা— থঙলগ ওক্তন অঙাংদুগি মমা মপাদ, স্কুল কোলেজগি ওঝাদ তাইনব অম নত্রগ লৈবাক শেম্ব অঙম্ব দম্বার মেম্বর ইবুঙোশিংদ তাইনব অম চুমই হায়মনি। মনাই ঐবু হায়জৌ হায়রবদি জ্ঞান তাদ্রিব অঙাং অপংবতুগ মাম্নবিদৌশক্লক লৈবাক্তী মরুপ হায়তুন হাম্ন চৎলিব মিংচৎ অসি অমুক হেঙ্গৎমব অপংব অঙাংদু কাতুম তম্বিব মেত্রিক পাশ মমতুম তৌহনব।

মে— তানিংদে তাতোম্ব তুমিন লৈয়্ু। মাগুম্ব খোংবী খোংমাও খুমিৎ তাংদগি হৌরকপন পুলিশ মেম্বর ঐবু উশিত্তন শিংলক্লবদি থামাগি উপুদ নমশিন্দুম মচু শংব তাই।

তা— স্নাবুদ্ধি তৌবিনি অজ্ঞা, খোংবিগ সেনাপতিগ ওম্রব খুৎশায় পুন্সিগি গাইত্রংগি নিযম নত্তে অজ্ঞা।

মে— উকল য়াওদন সেনাপতিগি মমাংদ ইমথৎলকপ খোংবীদি কাওথেক্কদবনি তাতোম্ব। পুলিশ মংম দরবার মেম্বর ঐত্তোন্দগি গাইত্রং হৈব হেনত্রাও?

তা— ননাই ঐন হঙ্গৎচরিব পুরোন্দি অসিনি করিস্নু লৈতব খোংবীদু সেনাপতিম নেৎখাইনিত্তৈদ অসোমদ গাইত্রংগি নিংথৌওম্ব পুন্সিচুপ্প তান্নরকইব মিংলেন নিংথিব লৈখা তারোইদ্রা অসিনি।

মে — হন্দক্তি তাতোম্ব থবাই শোক্ল নুঙাইতে, ইমিং মাংহুন মীন গাইত্রং শুমগে শুমখ্রসনু, ঐগি অওম্ব শক্তি পুথোক্কম ইচা শোকপ তাকু অদুবু লোইশিনগনি।

তা— ( খংষ্ট ) স্নাবুদ্ধি তপথবিনি অজ্ঞা। ইকাইবখংদ্রব ওক্তুব অঙাং লীন কিদব অদুবু ননাই ইথুৎমক্ল মতিক চাব দগু পীজনি।

( মধু এসঃ আইঃ পরপ পরপ লাক্লগ সলাম তৌরৈ )।

মে— করম তৌরে অঙাং তাকুহু ফারক্লব্রা?

মধু— ফারক্লনি অজ্ঞা।

মে— করিগি ফারক্লমি? হুজিকমক পীয়ু মংবাই লৌগে।

মধু— অজ্ঞা ঙরাং মুমিদাংবাই ডিমাপুর লম্বীদ থুংলাই পায়র সিপাই ৬০, কাছাড় লম্বীদ ৫০ অদুগ তামু লম্বীদ ৪০, পুম মখোয় ১৫০ বু থিহল্লখ্রি।

মে— কদোমদ লৈরম্মে হায়বগে ?

মধু— তাংদাংব থঙজখ্রি, ডিমাপুর লম্বীদ চংথি হায়ব পাও অদুম মনাই ঐস্ত্র অদোমদ থিব য়াওজগে হায়দুন চংলিবনি।

মে— মী কয়া লোয়ননি, নখোংন চংকত্রাও ?

মধু— মনাইশিং একাগাড়ী তোংব ১২ পুজখিনি।

মে— থিল্লে অদুদি চংলো।

মধু - অজ্ঞা। ( সলাম তৌই )

মে— ( লোম্ন ) ফাবদ নিঙাই তৌরবদি মথবাই ফাওব লৌবদ বেমা লৈতে, ঙসিমক ফাদুন পুরক্তব য়াদে। তান্নবদ চেনব থোক্লবদি নোংমৈন কাপ্তুন ফাও। চংলো।

তা— মবোল লৌব মুঙাইনব মথবাইমক্তি ইবুঙো।

মে — তাতোম্ব নং ঙসি দ্যাত্তি কদোমদ তাই।

তা— মনাই ঐস্ত্র তাকুদু ফাব য়াওজশিংবনি অদুবু খৈদেন ঙাকপদ দেউটি থাবিরকই।

মে— খৈদেন্দ লমচেনব ঙাওশিন্নব পাথং মখৈ ফুবহৌরগদবনি তাতোম্ব। পুলিশ মরক্ত মী ফুব ফরিবসি কনা কনাদো ?

তা— ফাদ ফারকখিসমু মাগুম্ববুদি মনাই ঐম মতিক চাম ফুজগনি।

মে— তাতোম্ব মংগি মচা পাথং কয়া শুই ?

তা— অনী শুজে অজ্ঞা।

মে— লম হেলহমগনুকো। য়ুমদ স্কুলদ খম খম ভাওহনবদগি লম্বী য়োমকতুম মথবাই মাংগদোম্বিবসি ভাব তামেদনা ?

তা— অস্তা মনাই ঐগি পাথং অমীহদি মীভোন্দা লাঞ্চব অভাং নস্তে, লম হেঞ্জদে। মীন মথোয়দ কম্বিগুম্ব হোম্বকপ খোক্রবদি নহামিন থম্বাই পাল্লিবনিম খড়জদেকো।

( চংমিন্নখি )



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৫

স্নাহল লোকচাওগি চীংচেপ্তু হৌব উ অমদ তম্পাকলৈমবু কৈজোম অমস্থং খুদৈ অয়াংবন পুন্দুন থমই। তুম্নিংবন মশা চোকথরহন তম্পাক লেপ্ন লেপ্ন থক থক চিংডুন উইরি। থর হন্দোক্লগ চীংচেপ্তু ডাডুন তাকু য়াইম নাখোক্লুন তুমহ। মতম : চেমব নুমিৎকি অহিং অমস্থং মথংগি অহিং লেল্লগ মোংভাযব কুইত্রিব অমুক্তি পুং ৬॥০ তায়ে, মার্চ থানি। লেডিজ সাইকল তোংডুন বাবুন রুমালদ য়েমহন কবোক থর পুরকই, আকবার উপু অমগ মৈখেং উপু অমগস্থ য়াওরকই। গাড়ীদগি কুমথরগ বাবুন কবোক খোইডুম অম লৌথোক্লগ উইরিবী তম্পাকি ময়াদ ইল্লি, খোইডুম মচাদু শাইম শাইম মিকপ থোরকপদ ভান তারক্লুন থয়ন মথোয়য়োমদ কামথোরকই; থয়ন য়োৎশিল্লি। বাবুন য়াইম হৌদোকপদ তাদে, নাখোক্লুন লৈ য়াওনখ্রগ ··· ·· ।

বাবু—মেম্মা, মেম্মা! (থুমদে) তম্পাকলৈম! (কয় কৌই)

তম্পাক—মপা মপু শিখ্রবশিংডু তাননব অদুক কয় কৌরিব্রাও?

বা—ইপা ইপু তানব কৌব মত্তে মথোয়গি তাভাং তানব হৌদোকউ হায়রবে।

তম—মং ঐহোন্দ উশিং থওইদন কয়েম্নয়, মমাইদুদ কাওশিন্দুন তোকনি।

বা —মংন ফন থীম ইমানিবু চৈরবসু য়ৈরবসু নশত্তু ইথী থীদে মুংশিব ইহন হস্থয়োই নহায। য়াকায়রোল শক্তন নবুঙোসি হোদোকউ, মুমিৎ ফন কায়ে, শকউকো ঐ তম্বিগে।

## ইশৈ

নতৌ যেংগে তৌরম্ব ইতাংনি;
তৎনব য়াব নত্তে তম্পাক্কি তামো।
তুমথরনু তামো ইনুং শোরা তৈরে
ক্বাক খোংলে কোনৌ কোনৌ হায়ুত্ত্বন।
কৈরোই নৈকাইন য়া য়া লাওরম্মনি;
তম্পাকলৈমদো চেনখ্রে তাকু য়াইমদ।
ঐগি ওইজৌ লাইবক্ক তম্নম্ব
খ্বাকায়রো তাভাং, মেম্বরগি মমাকইঙো।

(ইশৈ লোইরমদাইদ মোমোন নোকতুন ফন্দুন য়াইম হোগৎলগ ফমই, মমং নিংশিংই)।

বা —মমাক ইঙো মিকপ থোকপিয়ব্রাও?

য়াই —ভায়া বাবু মংদি কখ্রেদ সত্য, বাঞ্জলা অমদ ওম্বোক্ক মুভাইন নৈরম্মে হায়।

বা —খানাগি উপু মানত্রা জেলগি শেল মানত্র নংন নৈরম্ব কাদো?

য়া —ফজখ্রেদ মংদো ভায়া।

বা —মঙগি বা লাইরি, তাইবঙদ মীগি দরবার মেম্বরগি মচা ইবেম্মা মন্ত্রিরদ লাৎপ লাইগুম থম্লিবী অহু হুয়াম্দুম পুমক্লে, মেরা থাসু মত্তন, উদ পুন্দুন থম্লিবী মুপীসিবু মাংলার্ত্তি হৌব

লাকইত্রাও ? অহাওবদ চাতুন লৈবীসিবু চাক চরা অমফাও নিংথিন পীজদন লাক্লবিবসিগি মহে কবি ফংগদোবি ?

য়া — চুমই ভায়া। ভিমাপুর লম্বী তায় গাড়ীসি তোংদুন লেংলগ চাক চাফম অমতুং থিবিরু।

বা— ফুরিংখাওদ শেলকা য়াওরিত্রা লুপা অমওদি পীরকউ।

য়াই—শেল য়াওদ্রে। কনাদগিনো য়ান্ন লাম্মে কোম্ন শিংগে শোংকে হায়য়ু।

বা— মুপী অম চেনগনি হায়দুন চেল্লগ শেল অমও যাওরক্কব ?

য়া — ইনাকথুনব মচানি মতোন্দ যাওরমগদ্রা হায়দুন পুরক্কবনি

বা— মসি মুপীমচাসি বন্ধান থমদোক্লগ চাক চান্ন অনমম হাওন চারগ য়ুমদ চংসিদো ?

য়া— মতুম্ন পাম্মুই। তাইখো ( তম্পাক ) যেংওই তাবিরিত্রাও, তারিত্রাও ?

বা— মনা পংব মুপীসিবু কবিদ পামতুন চেল্লুরিবনে ভায়া যাইম ?

য়া— মনা পংব নত্তে, নং য়াওবতুদ ইকাইদুন থুমদ্রিবনি।

বা— ঐবু ইকাইরবদি ঐ য়ুমদ চংতুন চাক চাজরুগে, নহোয ইমুংদ লৈজহোয়ো।

তম—নখোয়নি ভাওশিন্নতুন লৈরমু ঐবু থাদোকও, ঐ য়ুমদ চংনিংলে।

বা— থাদোক্লগ নং ঐখোযবু য়ৈরয়োইত্রাও ? নংন ফুবদ ঐখোয় ইশাসি ইথিং থিংলেনে ইবেম্মা।

ত— ঐবু থাদোক্লগ ঐন গাড়ী তোংদুন য়ুমদ চচ্চখিবদ নখোয়ন থিংত্রবদি কৈম্ন তৌবিরিয়োই।

বা— পাবুংন ঐখোয়বু ফারগ থানাদ ইনম তংপমথৈ ফুরগ জেলদ থমগে হায়রবদি ঐখোয়বু কনবিব ঙমগদ্রাও ?

ত— হুজিক থাদোক্তুন ঐবু য়ুমদ চংকল্লবদি নখোয়নিগি নরাল পূম্নমক ঙাকপিহনগনি।

বা— ঐখোয়বু শাওনিংদ্রবাও ?

ত— শাওনিংদতুন ঙাকপিগদব নত্তে, য়ুমদ চংন্নিংমল্লতুন হায়রিবনি।

বা— ময়ুমদ চংহনখ্রসিয়া ভায়া ?

য়া— মঙানি চাক্কৌব মুমিংস্থ শেংদ্রিবগেন মুপীবু মপামদ কয়ম্ন থাদিগে ভায়া ?

ত— ঐবু নখোয়গি নপা ইপল তাতোম্বন হায়দুন লৌব মুপীরাও ? নহাকি পাথংনি ঙাওজখ্রবনি হায়নে মতম থরা ফাগী তৌবস্থ নত্তন ইয়ুম থাদোকপ মুমিং নিনি ভুমনি শুরফাঙব ঙাও-শিন্নদুন থাদোক্তুব্রবু ঐবু খঙদব মীন কায় হায়নদগে ? বদনাম চাঙনব অসিগি দগুদি মথরাইদ থাক্লগ ফুচনগনি খঙউ, নমাই থুমজিল্লগ জেলদ থাও শুমহনগনি মপুক্সি চুপ্প।

য়াই—শাওগন্নু শকহেনবী, নরাওবক ইরাইবক্তু সুম থোকউ হায়দুন নফান মপোক্ত তমখ্রবনি।

ত— লাইবক্ক ওম্ব নত্তে, মংন ৫০ চানি'তুন ঙাওশিন্নবনি।

য়াই—ঐবু থামাম ফায়গ ইউন তংপ মথৈ ফুবদ নংবু মথরাই মুঙাইগদ্রাও ? নশুং লাংগি ঐদি শিরবস্থ শিজখিগে, ঐগুম্ব অম মাংখিবদি লৌবুক্ত থরোই অম কাইবগুম্বনে, অকাইব থয়োই ঐগি ইরুদ থম্বাল মানবী নখোংদো য়ুমোইদ্রাও ?

ত— থরোই মরুন য়ুব ঙমগদব খোংউপ তোংদব খোং নত্তেয়ে য়াইম তাকু। থুয় য়োৎ থ'ব শউন খোংউপ নেৎপদ থরোই মরুদু উফুল তাগনিনহায।

বা— ঐ অচাপোৎ থব থিরুখিগে, নখোয়নি অদুম্ন মুংশি মুঙোনগি বাম্নীদু ঙগাক শাম্নমখো।

( গাড়ী পুডুন চৎখি )

য়া— ইবেম্ম ঙম্পাকপৈম। শেংন হাগয়ু নং ঐবু কব্বিস্নু মুংশিদ্রাও?

ত— নংন ঐবু পু ল্লব'সিদি মু'শিডুন পুাল্লব্রাও?

য়া— পুন্দ্রবদি পাঙ্গল অংক ফরব নংন চোংশিন চোংশিন্দুন ফুবদু মুপ ওইরবস্ত নাব থংয়ে।

ত— ফুবিরমোঙ, পুনব মুঙাইজে বা নিংথিন ভাংনসি থাদোকউ। নিপাববু নরিল অদুক লৈতব্রাও?

য়া— অদু ওইরবদি ফুগে ফু থাদোক্রগে, চযেং নপাবু'ন পুলিশ থাক্তিন্দুন ফু'নবদ শিদোশরুক মথুত্ত শিরগ লৈগি দোলাইদ কাখ্রগে।

( থাদোকপ হৌই )

ত— ইথুত্ত শিরগ লৈগি দোলাইদ করম্ন কাদোরিবা?

য়া— ইরাইবক কডুন করিগুম্ন মথুত্ত শক্তব খোক্লবদি নংম ঐবু খিঙং মুংশিবিয়কপ য়াই। মুংশিবগি চারা অসি মুঙাইন লৈবী লৈহাও কবী য়ুমকমদ কৌথ্রবদি হোম হোম চাওখৎলকনি, মডুন মপুং কারগ মোংমদি ওইথোক্তবস্নু ওইরকপ য়াই।

ত— মংন শিগ্রব মতুংদ ওইথোক্কব পাম্বীদ মহে য়াম্লগ কৈদৌম-দোরিবনো ?

(থাদোকই)

য়া— তাইবং মীগি পুন্সিগি ইমাকথুনবী ইবেম্মা মপোক অমন লোইদে চন্দক মপোক্ত লুপা ১১॥০ থাদ তলব চাব পুলিশকি মচা ওইন পোক্তুন নংন করিস্ত ওইন উদব নিপা ওইরবস্ত ১পোক বযাগি মতুংদ নংন ইকাইথুম্লব য়াব মীশক অম ঐ শোইদন ওইগনি। মবু ঐন ফাজুম চিংলকইবসি নংগি থম্মোই দরখাস্ত থাজরিবমি, মসিগি দগ্তি ইথরাই মাংব ওইরবস্ত হরাও হরাও য়াজনি। মরমদি ঐন থাংজ, ঐগি Life insure তৌরে, মপোক অমদ শোইদন ইগরাই পাম্মদবগি Bonus ফংজগনি। মংন নত্রগ মপাবুংন যৈত্না লাক্রদুন ইথরাই মাংজত্রিবৈদ খঙজখিব যাগত্রা ঐবু ওঙ্গাম মরু মচামুক্তংদি মুংশিবিহৌই চাযন ?

ত—থাঙন পংলিবৈদ লাইরব লমজ' কয়াবু অঙম অথৌ নিংথৌগি মজাবেম্ম কয়ানা হরাও হরাও সেবা তৌরম্ব য়াই। লাইরবগি মীচং চংব লাইরিক লেংব বারীলিবশিংন পংলেং লেংশিনবস্থ ওইরম্ব য়াই। ঐদি মচুগুম্ব বারীচু থাজদে। নংগুম্ব মহৈ কৈতব নরল লৈতব, নশকস্ত ইফ ফজদব, মমমচং নাইদব, ১১॥০ তলব চাব পুলিশ মচা অমগী লনহেমব মচাদ ২০০ চাব দরবার মেম্বরন মপাবুং ওইরিব, লৌপরী ১০০ চাবী মহারাজ কুমারীন মমা ওইরিবী ঐন ইশক থম খিবগিদমক

য়ুম পানগত্রও, মংবু থংলেন মাঞ্ঝ পা য়ুবকা হায়জিন্দুন থাইনগি বায়ীগি প্লোটতু মতৌ তমখিত্রাণু? ভাব তাও তাকু য়াইম, ঐদি মোইরাং কংলৈরোনগি মুংগাবৈ নত্তে, উরিবৈ নত্তে, ২০শুব শতাব্দীগি নুপী মচানি। Do you understand?

য়াই--অতুদি নহাল অযুক পুং ১১ য়োম তাব মতমদ ইম্ফাল সহরগি ময়াই লমজাও শোরোক্ত এন অভাংম শায়নব পিস্তোল অম পায়দুন ২০শুব শতাব্দীগি নুপীমচা অম হোইদুন পুরকপদ লাও খোংতুন মী কৌশে হায়দন হরাও হরাও Picnic চৎাস য়াখিবতু মরম কারাগনে?

ত— মরম শঙত্রি? পাখং ১/২ ন পিকনিক চৎলুসি হায়দুন ২০শুব শতাব্দীগ নৈশাবীদ কৌরগ তন্দুন নত্রগ কিন্তুন মাই হায়গত্রাও? মী অতৈগিদি শেইদন য়ারকনি হায়বসি guarantee পীব ঙমদে, ঐগিদি ইশান য়াদুন লাকইবনি। মীন নিমী হুম্নী চেল্লুরে হায়দুন অর্থ য়াওদব বদনাম পীবন ঐগি করিস্তু মাঙদে।

য়াই--চেল্লগ লুহোংব হায়ব চৎনরিবতুদি?

ত— মতুগি আশাদ মরিংজেল ফরুবগি ননঙ্গন্দ পাবুংন চৈশিং কক্তুন ফুথদোরিব অসিনি।

য়াই ঐবু ফুহনগে হায়দুন পিকনিক চৎলুসি য়ারকইবোইরে তম্পাকনৈম? তশেংনমক লাইবক থীবব পংলব পাখঙ অমবু সিপাইশিংন ফুরগ নং মুংঙাইগত্রাও?

ত— ফুগনি হায়বগি কিবদি খঙব্রাও ?

য়াই—নঙং লাংগি কিয়রোই হায়তুন নংবু চিংলকইবনে।

ত— মনঙন্দ লীচৈন কনবসি মারোইদ্রাও ?

য়াই—করিগি নাদদগে, য়াম্ন নারি পোৎনি।

ত – অদুদি নং ঐবু করিগি চিংতুন চৈশিং কক্তেন লীচৈ বার্জোন তৌরুরি ?

য়াই—ঐন পৃথিবীদ পাম্বসি পোৎ অনীখক্তনি। অমন মিংচৎ, কৈ খঙদে কত্তে খঙদে, মীয়াম ঐবু খঙবিব।

ত— অতোপ্প অমদুদি ?

য়াই —অমতুন পুলিশ মেম্বরগি অমত্ত ডাইজরী মজাইবেম্মা হায়বদি নং। থুৎচিং অমদ অনীমক ফংমব হন্দক লাইবক য়েংলকই-বসিনি। থোনা অসি উবদ ঐবু নুংশিবীব য়াম্বে খন্দুন নং হয়াও হয়াও লাকপিরিমানে ঐন খঙ্গরুই।

ত-- ঐন লাকপগি মরম অশেংবদি নংবু নুংশিতুন তৌব মত্তে হায়, য়ুমদ পাবুংগ ইমাশিগ খৎনব তানিংদবগ নংগি অপংব নতৌ য়েংনিংবগ অনীসিননি। কুম্মৈ ওক্লে, ঐ য়ুমদ চৎলগে। ঐগি নুংশা থিমতুন য়ুমদম্ভ খৎনব শংলম্মরোই। ঐগি গাড়ীচু— (চৎপ হোৎই)।

য়াই—(মথুং ফারগ) নংম য়ুমদ কৈত্রগ খৎমব ফরম্বদু নং উবদ পাবুংগ ইমাশিগ অমুক খৎনগানি। খৎনগনব ইমুংদ কৈদো-শরুক নোক্তুন খেতুন ইশৈ জগোইদ উত্তুন পাল্লিব ঐখোয়গি লাইর য়ুমদ মুঙাইম কৈরুসি।

ভ— মখোয়গি মপাগ মমাগ থক থৎমত্রাও ?

য়াই—ইশে জগোই ঔরাইবদ থৎমব শংপোৎ মত্তে। কুম্মৈ য়েংখ পাম্নবদি ঐখোয়দ চাম্নম লৈরুরসি।

ভ – পেরুক, পাঙ্গং, হঙ্গাম কোবা চাব হৈনদে, মথুংতু থাদোকউ পায়ম্ন। কুম্মৈ য়েংনিংব কান্দ মন্নক মন্নক্ত মখোয়দ লাক্লে, চান্নম মখোয়দ লৈবদি ইভিক চাদে মোইমাংগি অথৌব। লৈহৌরো ইচে হাল্লম্মগে।

য়াই—ভাইপো তম্পাকলৈম চৎপ য়ারোই। ( থৎলি )

ভ— মংগি লেংম ঐবু থিংব য়াগত্রাও ?

য়াই—ভম্ব ভমদব চৎপ যারোই হায়ম্নিবসিনি।

ভ – য়ৈব তারেদো অদুদি ?

য়াই য়ৈথুরম্মগ চৎলু, চুম্ন চৎপদি য়ারোই।

( মমাক্ত ভাব চৈ অম থুল্লগ য়াইমবু য়ৈ মশা নিক্তুন থাংই মথুং কন্দে )।

ভ— কমদোই ?

য়াইম—মথুং পেম্নব য়ৈয়ু লৈম্নাংলক্তগি অথোইবী।

ভ – মুপী ঐবু লৈদকা প্রমাণ তৌইনহায়, দায় হনখ্রেদা মসি অভাংসে।

( মকোক্ত অমুক থাই, ঈ থোকই, য়াইম মকোক ভাওদুম কমথৈ। )

বাবু—(গাড়ী কম্ন থোদুন লাক্লগ) কৈদোনয়ে, থৎমব্রত্রাও ? হৈসমু শিংসমু য়ায়কপ মতুম মীবু মকোক কায়মব ফুবসি মুংভাইত্রনে শকহেনবী ? ( য়াইমবু য়েংই )

ত— নঙোন্দস্থ ফুরক্তুন তোকনি।

বা— দারোগা ময়াম লাকহৌরে, কদোমদ চেনসি হায়বগে, সিদ
লৈরবদি শোইদম কাথ্রনি।

(মখোয়নি মুংশা থি, য়াইমন চেনগে তৌবদ তুই, মখোয়নি
চংতুন লাক্লে।)

ত— (নক্ল য়েংলগ) পাংদেদা নিপানবো। করিস্ম তৌরোই
ময়াইম ফজনি। মখোযনি ননিং তম্ন লোৎপ য়ানব চেনখিব
য়ানব ঐ দারোগা ময়ামদু পুতুন চৎখ্রগে। লৈগৌরোকো,
(কেন) good bye.

য়াই—(হিপ্ন হিপ্ন মঙক খাঙ্গৎতুন য়েংজরগ) Bye.

বাবু—নকোক ভাওব খর করব্রাও?

য়াই—মান good bye হায়রব খোম্বোক্তু ভায়া মন্নদোম কান্ন-
মানে খল্লি।

(মকোক হায়দুন কয়ত্রা য়েংই।)

বাবু—মতাক্ল খিত্তং উশিংপ য়াব, লাম্বা ওখাক চাব ওইরম্মবদি
খঙগদবনিকো। (তকশি শোল্লি।)

য়াই—(রাখল তৌরগ মপি তাই।)



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৬

মুংখিল পুং অম তাব তম্পাক চেনখিব মতুং হুম্নী শুব মুমিংনি। মেম্বর অমম্নং তোম্বীস্নাগি থংনব কা অনীদনি। মেম্বরন হঙ্গং-হন্দা চংতুম শাওনিংন লৈব উই। তোম্বীসমান টেলিফোম পায়-তুম হেল্লো কৌরি। মেম্বরন ফৈজোম শেংলি, খুদাং লাওবী অপাব লিংলি। ম্না শারী শেংলগ ব্লাউজ লিংলি, রেশমগি ফেনাং কাম-থিনব তোংই।

তোম্বী—( তপ্প ) হেল্লো, বান ও ফাইভ এ প্লীজ। য়েস। ( তপ্প থম্লগ মেম্বরদ মিংচিন )

মেম্বর—(বেল থিংলকপদ পায়থংতুন) who is that speaking? Hallo?

তো—( বেল খিংলকপদ পায়থংতুন ) বান ও ফাইভ বী স্পীকিং?

মে—( শাওন ) who are you?

তো—your mistress, মংেম্মখে, মহারাজ কুমারী তোম্বীস্না।

মে—( তোম্বীসনাদ চেপথম য়েংলম্মগ ) নমাই, ইকাইদ্দুন কৌ-রকইব্রাও, করিগিনো?

তো ঐন কৌরকইবসি মাঙ্গোলজাও বাবু, নংবু মুংশিরমদবদগি, মুংশি চাকমৌরম্বদগি পাম্মু ইখৌ লাংলকুন চাম্নব হৌব নত্তেহৈ ভায়। নংগি অয়ানব খুজিল থৌয়াংন ঐগি ইচা,

ইরল অমসুং ইজং মাংহনবগি লমন থৌরিবনি। মমল নাইদব চহি .৮ গি ইচানুপীবু, লাইরিক তমহল্লিবনি হায়দুনা নিংথিন তাকশেন্দর শা কৈনা থল্লব জঙ্গলগি লম্বীগুম্বব, ইম্ফালগি শোরোক্ত মথন্দ থাদোকতুনা মাংহনবগি ক্ষতিপূরণ করি পীগদৌরি? নতিক চাদনা লৈবাকী .লা এণ্ড ওর্দর নরেংবান্দ পুগে হায়দুনা করিগি য়ারুরি ইশৈ জগোই লাই-রিক্রচিংব য়ুমদ তমগ গে হায়বদ অহৈ অপা শাদুনা থিংলগ, মচানুপী মশাক খণ্ডদব মপ নংনা কর্রগি ইচা অমসুং ইজৎ মাংহল্লি? হুজিকমক ইচা পীয়ু, লৈবাক্ত থীনা তাংনরিবশিংদু তসিমক কোকহল্লু।

মে— মমা ফত্রবদি মচানুপী ওকপ হৌনদে। মচানুপীনা ওকত্রগ মচিন কনব মমান মী অতৈদ কৈরোই লৈকাইদ তাইনগল্লি। মচাগি মহৈ অমসুং মরল মথুমগি দায়ী অয়াম্ব মপান পুগনি, মরমচৎকি দায়ীদি মমান পুগদবনি। নওক ওকত্রগ নথোদ শোইরগ মীতেন্দ তাইনগনু মীরোল হুক্তবী মহারাজ কুমারী।

লৈবাক অসিগি লো এণ্ড ওর্দর কমদৌরি হায়বদু administration rep rt পারগ খঙগনি। নমায়দ পাওদর থারিদৈ, মশমদ ইশেন্স তৈরিদৈ মীগি ছিদ্র থিদুনা যারেম তাং লিদৈ লৈবাক্কি ই পাওদি তানব অমসুং নৈনমব মতম কংলিরোই, মরম অদুনা কৈবোং মনুংগি তিল ওন্দুনা মীগি মিংচৎ মাংহন্নবদ হোৎনরিবনি। করিগুম্ব মতমদ করিগুম্ব মকমদ হুই অতাওবগুম্ব পাখং লমজাও শোরোক্ত হায়দোরক্তুনা লুপী অতাংদ চিকপ

য়াই। হুই অঙাওবদু ফানব অঙম শক্তি পুথোক্তুনা লাক্লবি। হিগনা লৈবসিদি থম্ব ঙাইব তাই, থাংব তাই। সেনাপতি ওম্নিংই হায়দুনা উকনা য়াওদনা খোংলী পংইনা ইনব য়াদে। নাইতোম লান্দায়কইব গাইত্রংগি শগোল অদু ফাদুনা চাগনি শোইদনা অমসুং থিম্মুদনা। ফমদুনা ঙাইব য়ারগ মী থৎনব হৌগনু, তুমদুনা ঙাইয়ু মতম থবা।

( ফোন থমই )

তো—হল্লো, হেল্লো ; রাম ও ফাইভ এ প্লীজ!

মে—( বেল খিংলকপদ পায়খৎলগ ) Who is that speaking ?

তো—সন্নাও মাংথ্রনী শণবীনি, মতিক চাদব পুলিশ মেম্বর ! ঐগি ইচান্নুপী কৈদোউঙ্গে পীদৌরি ?

মে—হেক ফংবগ পীনি, তানিংদ্রে মথা তারকনু।

( ফোন থমই )

তো করম্ব থিরি, কদাইদ লৈ হায়না তারি, থংহনব নথো নত্রাও Stupid ? মাবু চিংখিব পাথংশিংদু মমিং করি কন্নি কৌই? কদায় কদায়দ লৈ থংহল্লকউ ইশামক্ক থিরুগে মংম বুদু ওইদুনা থিব থংত্রবস্নু।

( ফোন পায়দনা তুমিন্ন মেম্বরনা কম্ব উরগ ফোন থমই )।

মনাদু নিংথমথাগি মুংশিংনা শামনব পাল্লিত্রা, তামনব পাল্লিত্রা ? লৈবাক্কী দাবী য়ারবাশিংগি য়াকং তায়োইদব দরবার মেম্বরগি মনাদি পামবগি করি কাম্লনি ? হুজিকমক হাসপিতালদ চৎতুনা ককথৎহল্লু, ঙাক্লম মারব।

মে— ফজব ৱা চাংনব, মুংশিব ইশৈ শরুব শিজিন্নব হৈত্রব নচিন্দু মৈকাপ্পী কাপহন্দুন য়ুম মৈ থাদোশরুক হয়েং নিংথমথাদ ক্তারেন তপতাবমখৈ চাবদ অমস্তং তুম্মগ নাখোকপদ পিজিন্নমব য়েংতুম্ন ফজন তুশিলহল্লুচো দার্জ্জী অকৈব অমদ চৎলগ। মুপীমচান লাইরিক তম্ব কুম্মকপদ লীল ফালা য়েংউব হল্লকপদ মতুং ইল্লকপ মণিপুরগি পাথং অতুক য়াম্বগি মনুংদ, দর্জ্জীবু তুশিলহমব দরকার ওইব; volcano গি crater মামব মচিন্দুন tear gas কাপ্পদ, মমিৎ কা হেন্ন থুপখিবশিংচু কনা কনা ওইরিনি ; কদায় কদায়দ লৈরিনি হুজিক খঙত্রি। খঙবগ ফাক্লনি, মতিক চাব দণ্ডি পীনি। মরক অসিদ দর্জী অকৈব অমদ চৎলগ মচিন্দু তুশিলহল্লু।

তো—ব্যবহার লৈত্তব বদমাইস, নিংথৌগি মচান্নুপীবু অতুক উশিত্রবদি মমাইতুদ মশিন ( লাইরিক মচা অম ) থাবদ মতিক চাই। ( লংই )

মে—পুলিশ মেম্বরদ অতুক উশিত্রবদি থামাগি উপুদ লৈগেরাও? নচিন্দমক তুশিমবগি মাচুৎ নশা পূন্নমক কাবিরো হায়ব্রাও? মুপীগ চুইগদি লীচৈন ৱারকউ হায়ব formula চু শিজিন্নৌ হায়ব্রাও? হায়! কনা কনা লৈ। লীচৈ মচা অম পুরকউ।

তো—ভম্মগ য়ৈরোরাও চুরিন খিমগে।

( টেবিল মথক্তগি চুরি পায় )

( কেরাণী পরপ পরপ চেল্লকই )

কেরানী—মনাই ঐবু কৌবিব্রা ?

মে— লীচৈ মচা মী ৱৈবদ য়াম্ন নাগদব অম খন্দুন পুন্নকউ।

তো—মী মকোক থুগাইব য়াব লীচৈ অচৌব অম ঐগিস্ন পুন্নকউ কেন্নাণী।

কে—ঐখোয় ইবেম্মবু চিংখি হায়ব পাখং অহুগি মপা অহু পুন্নকুন থোঙ্গান্দ ভাইজরি, চংহক্সন্নকউ হায়ব্রা ? সনা য়াথং অমত্তং—

মে— মচানুপাদি য়াওরক্রা ?

কে—মচানুপাদি য়াওরক্কে অজ্ঞা।

মে— পন্নপ পন্নপ চংহল্লকউ।

(কেরানী থোকখ্রগ তাতোম্বন কৈজোম অম শেৎ খাকী ফুরিৎ অম লিৎ, চাওবন পুলিশকি uniform শেৎতুন চংলকই। চাওবন সলাম তৌই, তাতোম্বন খুরুমই।)

মে— লমহেনব অভাংহুগি মপা কাম্বে হায়ব চুমব্রা ? কমানো কদায়দ লৈছোই ?

চাওব—মনাই খুড়া তাতোম্বগি মচা য়াইম মমিংম তাকু য়াইম কৌবতুন ইবেম্মবু চিংখিবনি হায়ম তাজরি; মশাদি থিব কংত্রি, মপাদি পুজন্নক্লবসিনি।

মে— তাতোম্ব মংগি মচামক্র ঐগি ইচানুপী চিংলম্বসিদি কমদৌসি হায়বগে ?

তা—মনাই নিপাম্মচাতুন চিংবনি হায়ব তাংদাংবমক্তি খত্তজত্রি অজ্ঞা। য়ুমদ হল্লক্কবদি মনাইহু ভসি হুম্নী শুবে, অশেংবদ হঙ্গৎচনি।

মে— নচান চিংব নংলমত্রবদি কৈ, ওইরম্ব খোক্লবদি কমদৌব পামই ?

তা— লুহোংডুন কন্যাদান পীবিগে পীবিরোই অজ্ঞাগি কৃপানি।

মে — মশান য়াদব স্নুপী মচা চিংলম্বগি খৈদেন্দ পুখোক্কুন লীচৈন কল্লগ জেলদ থম্ব নত্রগ হাংতোকপাগি রা নত্তন কন্যাদানগি রাক্কম ? নংগুম্ব পুলিশ মচা অমগি নচা তাকুদ পুলিশ মেম্বর ঐগি অমত্ত পোকপী লাংলেন কন্যাকৎপা ?

তা —মশা মশা য়ানজডুন চেনমিম্নরম্বস্নু য়ারি অজ্ঞা। ননাই ঐখোয়বু মুংশিবিদ্রবস্নু নজাইবেম্মগি আশা থুংডনব—।

মে— করি তাতোম্ব ? নংগুম্বগি নচাবু পামডুন ঐগি ইচান হয়াও হয়াও চেল্লম্ব, ওইখোক্কব রানি মীনাই মচা। (কেয়ানীন লীচৈ ২ পীরৈ)

তা—রা পুম্নমক মখোয়নি খোয়ক্লগ খংমগনি অজ্ঞা। ময়ম অসিদ ঐখোয়ন আন্দাজ তৌডুন রাহৈ কায়ল চন্নব খোইন কায়দে অজ্ঞা, স্নাবুদ্ধি তৌবিয়্ন।

মে – নচা ফাব ফংদ্রিবঙে ময়ক অসিদ নং look up তা লৈব তাই। চৎলু চাওব, মচা খোয়ক্তিমখৈ মপাসি look up তা ফুডুন কাওডুন লাক্লৌ। খোক্ক খোয়ক্লগ মমাস্নু ফাহুন থম্ব তাই। মহাক কয়া কুইন লোৎপ ওম্বগে য়েংসি।

(খোকমিম্নখিবদ তাতোম্বন সলাম তৌই, চাওবন কাওডুন খুরুমই ) ডাইখো মখোয়নি। দাকুগি মপাহু মশুৎ তুংবুম্নন পুখো।

( মেম্বর হঙ্গৎ হন্দা চংতুন ৰাখল তৌই, চাওবন ফুম্বিৎ খাওদগি রুমালন পুন্দুন তাতোম্ব পুখি। )

তো—হা-হা-হা-হা…ঐদি ইাশ শিনডুম নোক্লিংই। মচান্থপী চিংডুন পুখিব মী উশিত্তব পাখং লমহেনবহুগি মপা ফাডুন পুবিয়ক্লবন্ন মখুৎন কংন ফুহৌগেদি হায়দন lock up তা থম্মু অডুগ মাগি মরূপ থবক তৌমিন্নবশিংবু তপ্ন তপ্ন ফুহল্লু হায়নেসে। অস্থুক পংব অস্থুক পাংদব মীন দয়বায় মেম্বর ওইরবদ লৈবাক্ক চাওখৎপ হায়হুদি মংগুম্ব ৰানি।

মে— তুমিন লৈম্ন চীম্বিবী নঙোন্দ ফুরক্ক্‌ন তোকনি। চৈগপ লৈন লৈন খুৎন মৈ পায়ব হৌনদে।

তো— লম্বীদ চুরুট চম্বদ কোই চাকখিব খোক্লবদি য়ুম তাম্ন চেন্দুম চৈগপ লৌরগত্রা পুরু ঙম্বাও ?

মে— মচীন্দু তুমিন্ন লৈব য়ানব দর্জ্জীদ চৎলু য়াত্রবনিন লীচৈন ফুডুন নচিনবান অমীডু পোমহল্লগ নয়োল থোকহন্দব তায়ে। ( লীচৈ শেমই )

তো—মচাগ মচাগ লাম্বা ওইন লম থো'ক্লখ্রবদ মপাম মপাগ য়ৈনগে লাকপদ কিডুন লাম্বা পীরুচো ছায়ডুন look upতা থাম্রে। মুপীমচা ঐঙোন্দদি কৈজাওডু মঙাইরে, (কেন) চাবিয়য়ো হিং-চাবা ! শণ শাডুন কুঞ্জরগে (কুল্লগ) ইচা সন্নাওস্ত ৰাংম্রে হিংডুন কায়ত্রে। মো-ও-ও। (মেম্বর ঙরু য়েংই) কৈদৌরগে কৈ শায়ো, চৈগপ চোংও। ( হৌগৎলগ ) অহুক পংব, অম্বুক

পাংদব নংন কৈদৌন পুলিশ মেম্বর ওইরুরিবনো ? ঙসিমক থবক তোকচরগে, ঐগি ইছুত্ত ইমুপী মহারাজ কুমারীবু শিল-হনবিয়ু হায়দুন ছোট্টি সাহেবত, দরবারগি প্রেসিদেনট্ট চে কৎলুচো। হন্দক্কি কেশ অসিমক্তং লোইব ফাওব ঐ পুবিগে, কুইন ওইব তল্লি ঐদি, অমুক নকম হঞ্জিঞ্জৌ।

মে— মসিগি মুপীসিবু ঐগ পক্কে লুহোংব য়ামি হায়দুন কোষ্ঠি য়েংবিরকপ পাঞ্জি নংদদি নপারোমদগি পূরোন ৭ নমা-রোমদগি পূরোণ ৭ নরক তাব ওইয়ুকো।

তো—অওইনি ইমানিবু পক্কে হায়ব মাইবী মাইব পাঞ্জি গনকশিংদু কোৎত্তুন লীচৈন য়ৈরবদি পেম্রিদা। মখোয়দুবু হিংলিদ্রা হুজিকপো ! ( চৌকিদ ফমই )

মে— মখোয় কোম্নুংগি পাঞ্জি হনুব চিন্থীব চীরোল মপ্পো অদু য়াওখিদ্রাও ? ( টেবলদ ফমই )

তো—মদুদি শিখ্রে কুইরে, মুংশিদ ইপু চাওথোই শংলাকপদো। ঐবুদি লুন তৌথ্রবনিদা !

মে— মুপীন মুপীগি মথৌ নিংথিন তৌরবদি, থোৎম মেংন লৈরবদি নিপাদু বুদ্ধি লৌশিং থোকপনে। অদুদি নত্তন নিপাগি থবক্ত খুৎ থিংজিল্লবদি চবেৎ চবেৎ ঙাংদুন জ্ঞান মাংচল্লবদি উতুপ পায়রকপ হায়নু ঙাই মক্রগ জগোই শাবী ইশৈ শকপীশিংগি মতুং ইনখিব হায়নু ঙাই মশাম তাপোৎমে।

তো—( বাসক মত্তেক অম ঙংই। )

সাজে বিনোদীনী, সাজে বিনোদিণী ব্রজ নব যুবরাজ সঙ্গতি প্রাণ।

(কেরাণীন মন্নুংদগি পুং য়ৈরকই, মেম্বরস্থু মথুৎন পুং হৎলি খুকউদ। তম্পাক্ক মমা মপাগি মতৌ ঙহাক য়েংলম্বদগি-ইশৈ খুমহুন থেক্কুন চংলকই।)

তম—ব্রজ নব যুবরাজ সঙ্গতি প্রাণ।।

(মমাগি মতম্বাক্ত ফম্মুই,।)

তো—মুপীমচা নংগি কৃষ্ণ শাবহু কদায়দ হুন্দোকলম্মে নথন্দ ল্যাকইবদি?

তম—ইমাসি ঐখোয় পাবুংসু পুং য়াম্ন হৈরিপোৎনিনা ঐদি নহানমখৈ থৎনবদ হৈবোই নিংই।

মে—মুপীমচা নং ইকাইনুকো শেংন খুমউ, নশান য়ান চৎলুরিব্রা মখোয়ন চিংব অশেংব্রা?

তম—মখোয়নসু চিংবনি অদুগ ঐনসু কয়া খাংহৌদ্রে।

তো—মীন চিংলগ লংচাকতৌন ওরোয়ো চৎলুরিবু নংন হায়া খঙনব নিপায়াও, হা মুপীমচা?

ত—নত্তে ইমাসি।

তো—অদুদি করিগি খাংদ্রিবা?

ত—যুমদ ইমাসিগ পাবুংগন থৎনবন নৈতম খঙদবগা মখোয়ন স্নাহল লোকচাওদ পিকনিক চৎলুসি হায়বদুদ সুম চৎলুব হায়বদুনি।

মে— স্থম চৎলুবা ?

তো—মশক খুঙদব নিপাশিংডুগ মুমিৎ নিনি ছুম্নি পিকনিক চৎলুরিবু ?

ত— মখোয় অনৌদনি, ছাত্র ডাক্তনি ইম্ফাল হায়স্কুলগি। ঐবু লোগে খল্লিব নিপাম্মচাডুন মমিং তাকু য়াইম কৌই। ঙেস্না ইমাসি, ঐখোয় কোঙ্খোংদ সন্ত্রিকা য়াওরব থুলং ইশৈ শকপ, বারী লীব য়াম্ন মুংঙাহব তাতোম্ব হায়ব ইপলডুগি মচা য়াইমনি। অমডুন মাগ মরুপ, মমিংন বাবু কৌই শিংজমৈরোমদ লৈমাখে।

মে— মখোয়ন নংবু য়ে লক্লাও ?

ত— মখোয়বুডুম ঐন ফুই, নাদ নারক্লব মতমদ ঐবু উখোংদ পুন্দুন থমই, য়ৈদে চৈদে, ব্যাবহার অমত্ত কায়দে। মখোয়ন ঐবু ইশান য়ান চেনবনি থুম্মু হায়। ঐন নংগুম্ব লুপা ১১৷৷০ চাব পুলিশকি মচাদ করিগি লৈরুদগে থুমই।

মে— পুলিশ লাকপদ মখোয় কদোমদ চেনখি ?

ত— চীংচেপ্ত চেনখ্রে। ঐন গাড়ী তোংডুন য়ুমদ লাকপদ মধু এসঃ আইঃ খোয়গ থেংনৈ অডুগ লাকমিন্নবনি।

মে— মধুদি কদায়দ চৎখ্রে ?

ত— থানাদ লৈরম্ব য়াই পাবুং থিব চৎখি।

মে— ঐ থানাদ চৎলগে, ফারিব মপাডু ফুরগ মচা মরাইন খোকচরক্কনি। চৈ য়াওদন থবক য়ারোই। (মফী মরোল শেৎলি)

তো—নংদি চাক লামদ্র, কদাইদ চায়কই ?

ত— হোটেলদ চারগ ভহাক পোথায়ক্লে।

মে-- করি করিনো অভাংগি চানব খয় লাংউহায় কেরাণী। উচী মচা অনীদং কাবদ অসুক য়াম্বা সিপাইন ওমদবসি কনবু শাওনিংইনে; মথয়াইদ খাক্লগ ফুর লোইরে।

(চৈ পায়ত্নুম চৎখি)

তো—নংগি মখোয়গি চিঠিকা হায়বত্নু চৎনরব নিপারনে মুপীমচা ? অশেংব তাকউ ইমাদ থুপকনু।

ত — দায় হল্লেদ ইমাসিন হায়রিসে। ঐবু প্রাইমারী স্কুলগি মুপী মচারনে ইমাসি ?

তো—মীন মুপীমচা মহা মন্ত্রবী নংবু চেনখ্রে হায়ত্নুন তৌরিব বদনাম অসিদি নংদি তাদ্রিদো ?

ত— মতম অশেংবচ মরম্নাই ওইন তাকচরকনি। ঐগি করিমক্ত ইকাইনিঙাই লৈতে ইমাসি।

তো—নং পাবুংন মপা তাতোম্বত্নু য়াম ফুবিরুব তারে ওসিদ্ধি।

ত— করিগি মপাদি চিংবা য়াওদেন ইমাসি ?

তো—মচা পুথোরক্লব ফুদোরিবনে।

ত — মাম লোৎপ মচাদি নত্তন।

তো—মান লোক্রবদি নংন লোংলম্বা ইয়ানুপাত্নুবো ?

ত-- নয়ানুপা ওইবদ মতিক চাব শভাং নত্তেদ ইমাসি। পাবুংন খৎনবদি চান্নরেকো ঐ মাংলুবদগি ?

ত্তো – খংমব খুদিংগি চেন্দোরিত্রা ছুপীমচা মংসিবো? (ভরু য়েংই)।

কে— (থোয়ল্লগ) চান থরুব শেমশাব লোইয়ে মেন্মা।

ত্তু— চায়গে চংলো। (ইমখি)

ত্তো—বুজারী! ভামপ অতেকপ মথেল অম য়াওত্রাও?

কে—য়াওরি অজ্ঞা।

ত্তু— পাবুংগ ইমাসিগগি খাকউ মতুদি ঐগিদি য়াংলি লাইরিক তমখিনি। (হয় য়েংই)



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৭

সুংদাং পুং ১০ তাবা মতমদ, ইম্ফালগি লম্বীদ ফিরুক ফিরাং খুমন্থুম বাবু অমসুং য়াইমতাকু কবুলিয়া মরুমদ লোং লোংতুম চংলি। বাবুন কবোক খোইন্থুম কমালদগি লৌথুন চাই, য়াইমদি চাও য়াদে। য়াম্ন সুংশা থীম উই অনীত্থু বাবনসু মশা চোকথম উই।

বাবু—ইমানিবু ফাগদব মী য়াম্ন লৈব ইম্ফাললোমদ চংসি হায়রম অসুক য়াম লাকইসিবু ভায়া নংগি "মতলব" করিনো ?

য়াই—ঐসু মুম্ন খঙদে, ইম্ফাললোমদ খোঙ অনীসিন মযুম খঙব গাড়ী শন অনীন তোবগুম পুরকইবনি। থানা মনাক্ত নকশিল্লকইবসি করি কাম্নে হায়দুন ঐসু য়াখল তৌরিবনি।

বাবু—মুম মুমদ চাক চারা অমমমদং পুক থম্ন থম্ন চায়গ লোংপু লোংলবসু থানাদবু surrender তৌরবসু সুংঙাইগদবনি। চাকথুম অনীমক নখোয়সু ঐখোয়সু কোয়েং অঙাংবন কোয়রে হায়রি। জেলদ চংথুম শেল তিংদম উংসোব থুল্লুসি হায়রবসু লীচৈ মথেলম নিংজোন্দ হাম্ন মিং না শিংহুনগনিদো।

য়াই—লোংপ য়াব লৌবাই নখোয়গি নরুব মরী মতা লৈব অমত্ত লৈত্রাও ?

বা— করিগি লৈতনি, থাঙ্গদ খুড়া অম লৈ, বাংভুদ ইচে অম দোকান ফমই।

য়াই—নং অমদ লোৎলুরো; ঐগিদমক নংসু চোপ্প য়াওরেদো অবাব নংলেদো ভায়া।

বা— নংগি মুপী চেনবদ ঐন য়াওদ, ঐগি চেনবদ নংন য়াওব্রবদি ময়াইবক্তা মুহোংফাল তমদবী মীতৈ লৈশাবীশিংন শাওরোই-ব্রাও? লৈশাবীশিংগিদমক্ত ইনম তৎপমথে ফুসনু, let me die a martyr's death—হাইখো, ভায়ান ঐবু লোৱাই অমদ ইথন্দ লো ুলুরো হায়রিবসিবু, ভায়াদি কদাইদ কদোমদ?

য়াই—মকম ময়াং খুঙদন ঐন ইম্ফাললোমদ লম্বী চিংলকইবসি ভায়া! ঐখোয়বু ফাগদব থানা লৈহুনসু—।

বাবু—থানাগি চৈ কীহন্দবী মহাক লৈ, লম্মাংময়ব হিহোমবশিংগি লেংদব থবান মৈয়া ইম্ফালগি থানা ময়াদ থোকই।

য়া— চুমই ভায়া মদুন ওইব তাই। মহাক অমুক্তং হায় উম্নবম্ব পামই।

বা— অমোব পাঙ্গপ ফংনব, শোম্ভুরব বেটরী Recharge তৌনব। মদুগি মতুংদ থানাদ ইশা কথোকপ, চৈ য়াম্ন খাংব ঙম্নব, হা?

য়াই—মঙোন্দগি বিদায় লোৱগ পৃথিবীগি পুলিশ পুম্নমক ফাব ফংলরোইদব মফমদ চৎথিব।

বা— হায়বদি হা ভায়া, কদায়দ চৎপ ··· ?

য়াই—লাইর ইনাকখুনব খায়ব সমাজগি য়াংমদ, পুলিশকি লীচৈন লাম্ব ফংলয়োইদব অয়াংব লমদ। মহাক্ক ঐবু উশিত্তব মিৎয়েংন য়েংথব ঙম্মোইদব উতোন্দ কাব পামই।

য়া— মতু পাংদবী মুপী মচাগি য়াখলনি ভায়া। করিগি নিংব কাইরিবগে? ঙসি হয়েং লুহোংখিগদব মুপীমচা নত্তে। লৌব ঙম্মব হোৎনখিগদৌবনি, মত্তম য়াম্ন লৈরী। লাইবব পাখংন ইনাক খুনবী লোব য়াদে হায়ব আইন লৈত্তে। হন্দকমুক্ক চিংখিসি, ঐন হায়ব ইল্লু, য়ৈতুন য়াহনগনবনি, মণিপুরগি য়াংমদ চহি অম অনীদং পুতুন চেনসে। মচা নিপা নত্রগ মুপী পোক্লকপতুগি চউন্নতুদ মণিপুরদ থোরক্লগ মকুবোক্ক ননেমশিজগবু চাক ইনহনশি। নংগি অহিংসা হায়বতুন ইমানিবু হন্দক কৈথেন্দ পুথোক্কুন লীচৈন কনহন্দোরিব নত্রাও?

য়াই—খঙদ্রে ভায়া মতুন ফরমগদ্রা করিনো। হুজিক্তি চৌখ্রে, নয়াই তাম্ন হায়থবিয়ো, ঐদি মাগ উন্নতুন অয়োইব য়া অম ঙাংনব পামই।

য়া— কদায়দ করম্ন উন্নদোরিব? ঙসিমক উন্নদোরিব্রাও?

য়া— ঙসিমক ময়ুমদ লোম্ন চংতুন উন্নব নত্রগ ফাজখিব।

য়া— ময়ুম অকোইবদি নোংমৈ পায়ব পুলিশ কয়াম সন্ত্রি তৌরমগনি। পুলিশ মেম্বরগি ময়ুমদবু করম্ন হুয়ানতুন চংগদৌরিব্রা?

য়াই—শিব কিদ্রব মীগি অরুব থবক লৈত্তে। ভায়া মং য়ারে লয়াই অমদ চৎখ্রো, ইথন্দ লাইবক য়েংহৌরগে।

বা— নং ঙাওরেনা ভায়া।

য়াই—নংম খঙদবননি, ঐ ঙাওব ফন কুইরে ভায়া।

বা— মরুপ মপাংম ঙাওয়গ হুন্দোক্লুন চৎপ চুমদবনিন ঐস্থ নতুং ইনব তারে, চৎলু চৎসি।

য়াই—ইমানিমক অৱাব তাব কান্নদে, ঈশ্বরন খঙনি, নং লৈহৌরো ভায়া। ঐগি মঙাও অসি মঙাও অমনি, নং ইন্নদবস্থ য়ানি।

বাবু—করি মঙাওনো নংন ঙাওরিবো?

য়াই—খোঞ্জেলদ ঙাওবনি।

বা— করম্ন? খোঞ্জেলদ ঙাওব হায়বদি?

য়াই—চীং ময়াদ ঐখোয়গ মাগ খাইনব মতমদ মাম্ হায়রম্ব 'গুদ বাই" হায়বদো—

বা— Good bye. (মতৌ তমদুন)

য়াই—খোঞ্জেল অদু নাকোংদ হুজিকফাওব তারি। নাকোংদ খোঞ্জেল অদুন চংখিদুন চৈ কিদে, নোংমৈ কিদে। ঐ ঙসি অহিং মাগ উন্নব পামই, উন্ননব হোৎনবদ থবাই মাংস্থবস্থ মাংজখ্রগে।

বা— উন্নব তাল চাত্রবদি থবাই মাংলুস্থ চেল্লকউ। ঐ খাইদেম তোমচাখোয়দ লোৎতুন লৈরমগে। নংগি চাকস্থ খাক্লমগে। চারগ লৱাইরোমদ হাইথখিসি। নিংখিমা ঙাকপ য়ুম্নি কা হেন্ন থোৗনা ফরুস্থ। শিব তল্লুকো ভায়া।

য়াই—করিগি শিরুদগে ভায়া। তাল চাত্রগ তোমচাখোয়দ লাকে, মখোয়দ নোংম নিনি লোৎলগ লৱাইরোমদ হাইথখিসি, কৈ।

বা খাইমস্রিঙদ অমুক্তং।

( মথুং তিংথোকই, য়াইমন, চংশিন্দুম কোন্নৈ মপী তানৈ )

য়াই—অদুদি ভায়া হল্লো। ( মিংত পী উই )

বাবু—গুদ লক্! ( মথুং চাই )

( মুংশিন য়েংলৈ )



# তাইবং গাইত্রং

## ১/৮

থানানি উপুদ তাতোম্ববু মখোং মথুং পুল্লগ মমিং থুমজিল্লগ ক্কুই মৈ অমম্বদ। ৱান থাঙব মখোল তাই — অযো — অয়ো — মতম পুং ১১ তারব অহিংদনি। ফুরব মতুংদ পুলিশ মেম্বরন জবান লৌই। মশক লোংপ পুলিশ অনি ৈ পায়দুন লেপই

মেম্বর — নচানিপ, হুরানব তাকু য়াইম হায়বদু কদায়দ লৈ তাক- থোকউ।

তা — মেম্বর সাহেব লায়রবস্ত ঐগি ইচাদি হূরানদে। মশা মশা য়ানডুন চেনখিব ওইরমগনি। ইচাগি লৈফম ঐদি খঙজদে। উপুদ লৈবনিন। কোংন থিবিরিব েম্বর সাহেবনা হেন্ন খঙবিভম থোকই।

মে — নংগুম্বগি নচাবু ঐগি ইচান পামদুন চেনবকো? হা-হা হা-হা! মশা মশা যানডুন চেনখিবনি হায়ব খঙলবদি মচামুপ, লোৎপ মফমস্থ খঙলমগনি। নথুজিন্দ তুম য়ৈশিল্লগ ননাতোন্দ ইশিং হৈক্কিল্লগ নং অশেংব তাকনিংলক্কনি। লৌচৈদি নং কিত্রেমে, মশীং য়ামফাক্তদুন তৌরিব্রাও'

তা — মেম্বর সাহেব! লাইরিক হৈদিরব লৈবাক্তী অংম্ব ইবুঙো। ঐন ইচা তাকুহু লোৎলি হায়ব তাংদাংব খঙবিরগ তাকথোক্কব য়ৈরবদি ফৈকো। অহুদি নত্তন ইখঙ খঙদব ঐবু য়ৈরগ, ইথুজিন্দ তুম যৈশিন্দুন অৱাব পীরগ খঙদব খঙলকই, উদ

তাদব মীন উরকই তারকই হায়বন অচুম্ব ওইরবদি অজ্ঞা, মণিপুরগি মনাপংব মমিৎ তাঙব মখৈ য়েদুন লাইয়েংলগ উরকত্রা, তারকত্রা স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু।

মে— কয়া উশিত্তন করেম্নম থুম্লিব মচিম্নো য়েংউ। মমা মপাম্ন বায়ক চেক্তবদগি মচা মনাও লম হেল্লিবনি। মচা পোকনি হায়বদি খঙলগ বায়কনি হায়ব খঙত্রবদি লমহেনব নপা নচাবু ফুদন থানা ঐখোয়ন কনাবু ফুগদগে? নচা ফংত্রবনিন নং ফুব তারে, মপা ফুম্নে হায়ব পাও তারগ মচা থোরকনি। নচা লৈভম নংন খঙত্রবস্তু ননঙ্গন্দ লীচৈন কল্লগ থোরকপ মখোল অদুন ফোং ফোং হায়দুন নচাগি লোৎকম তাকনি।
(দারোগ অম চংলক্তুন সলাম)

মে—করিনো?

দারো—অজ্ঞা ননাই তাতোম্বগি মচাগ মুপীগন অজ্ঞাবু অমুক্তং থুরুমজনিংমানে।

মে— তাকু য়াইমগি পাও পুররুমতারে। লাও হায়য়ু পরপ পরপ চংহল্লকউ। মপা পুম্নিবদু ঙহাক্তং থাদোকপিয়ু হায়।

(দারোগা পাও পুরকপ থোকখি, অমন তাতোম্ব পুনব-থাদোকই, মনাক্ত লৈরম্ব চৈ লোৎশিল্লি। যাত্র মমা মচা মথবাই স্নুংঙাইতন চংলকই. মেম্বরদ থুরুমই। যাত্রান মপাবু য়েৈবিরত্রা হায়দুন মশক মুম্ন য়েংই।)

মে - করিগিনো ইতৈম চাওবী? নচা তাকুহুগি পাও তারত্রা?

চাওবী—অজ্ঞা ননাই তাকুহুগি পাও অরেম্নদি তাজদে, ইম্বাল মম্নুংদ লৈ, চেৎন লোৎলি হায়দুন মীন ঙাংনবদি তায়।

মপাবু জমিন্দ থাবিরগ থিজল্লবদি ননাই তাকুহু থিজদন থিব ফংগদ্রা থঙ্গে।

মে— ইন্ফালদ লৈব পুলিশ ময়ামসিন থিবদি থজ্জ্রেগ য়াইমগি মপান থিরগ করম্ন ফংগদৌরিব? পুলিশ অতৈদগি ইতৈম-খোয়গি তাদন হেল্লিব মগুণবু করিনো?

চাও—পুলিশ অতৈদি মপা নত্তে, মখোযন থিরবদি হেন্ন চেৎন লোৎশিব য়াই। মপান থি র হায়রবদি তাননিংব রা লৈরমতুন থোরকপ য়াই, স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু।

মে— মপা মচা তান্নতুন হেন্ন চেৎন লোৎখ্রবদি, মখোয়নিমক লোৎমিন্নখ্রবদি?

চা— মপাগি মতুং ননাই ঐ জামিন ওইন হাজন্ত লৈজহৌগে চানবিয়ু।

মে— মপাগি মতুন্ত ইতৈমন থিবদি অঙ্গা নত্রাও? মচাম থাজবদি মপাদগি মমাল হন্ন থাজব য়াই।

চা—মতুদ অজ্জা, মুপী ঐবুদি মপান থর মখোং য়াওব, ইচং থৌব হেনগদ্রে হায়জরিব।

মে— মখোঙ য়াওব ইচং থৌব নচা অম লৈহৌরিবসিদি চাক্ক চাতুন লৈত্রাও?

যাত্র—ননাই ঐন চাজব চাকি লমন শিংব ওইন ইমাও তাকুহুন্ন ঐন থিবদি ফংজদ্রে। ইপাগি মতুং শিন্দুন ননাই ঐবু উপুদ থম্বিয়ু, ননাই ইপাবু থিহঙ্গগে অঙ্গা।

মে—চাক য়াম্ন চাব মংবু থবক শুম্নোইদব উপুদ থম্মগ সরকারগি কম্নি কাম্নগদৌম্নিব?

যা—বাজিদ মশা শোনবনিন সরকারগি সিপাইগি চৈকুদ খুং খাংদব য়াই, ননাই ঐদি নশানিন খুং পেম্নব ফুবিব য়াগত্রা হঙ্গংচম্নিব।

মে—নপাবু থানাদ ফুই হায়বদি কনান হায়, হা? তাকুগি মকমদ তাকাতি!

যা—ইমা ইচা উবদ বাজিন ওসি নোকফেং ফাওব তৌদন, কাগী মচেং অমফাও য়াওদন শুকথতুন লৈরমইবসি থানাগি উপুদ বাজিবু থীন ফুমে হায়বগি খুদম্নি। বাজিদ ফুবিদোশরুক ঐডোন্দ ফুবিয়ু।

তা—নিপামচা ইপা বা হায়গে তাও। থানাগি কোয়েং অঙাংবমু খুলক্তি মীচম্ন য়েগল্লি চৈগল্লি হায়তুন য়াম্ন তাথিনৈ। মতুদ অংব অরেম্বদ মুংশা থীমে। দারোগা লাইম্নিক হৈতব তলব য়াম্ন চাদবশিং ফুরগ শেল থোকই হায়তুন কন ফুনিংলবম্ব লাইম্নিক্র বিঃ এঃ তলবন চনী হেম্না চাব দরবার মেম্বর মমাক ইবুঙোগি মথাদ লৈব দারোগ ঙাক্তনি। ইবুঙো মাগি থৌজালদগি ইপাগি ইতু নাম তেক্তি।

যা—নীচৈন ফুবদ বাজি তু তেকপ হোনদে। পোমগনি থামগনি তুখোং কনশিনগনি। মেম্বর সাহেব নখোং পায়তুন খুরুম-জগে ইপাদ য়েবিদোশরুক অতু মচা ঐডোন্দ য়েবিয়ু। (খুরুমই) ওক্তব ইনাওগি মরালন কংকম থোকপ দণ্ডি অতু মরাদ্ব ঐডোন্দ ইপাগি শরুক লোয়নন পীবিয়ু।

মে—কনা কনা লৈ? মমা মচা অনীসিবু থানাগি কমপাউণ্ড ম্বাংমদ তাম্লোকখো। ননাও তাকুহু ফাহুন পুরকউ অহুগ নপা থাদোকপি ন।

(দারোগ অনীন চিংহুন পুথোকখি)

যা - কন কন্ন মনাই নিপামচাহু থিজয়ে, মেম্বর সাহেবন লোৎ-তুনকাদি থম্বিদেকে?

মে— মচিম্ভীনা বদমাইস। য়ৈয়ু হায় কনা কনানো!

(ইন্দুন পুথোকখি মমান থামই)

চা— হায়হৈদে অঙাং লৈবাক্তী অঙম্বদ অহুন্ন (চৎখি)

তা—মচিম্থিব অঙাং অসিমগি চৈশিংসু ননাই এডোম্দ পূন্ন।

(মংঙ্গন ওম্লোকই)

মে—মসি চৈ খাংবদ থৌন য়াম্ন ফমান্নে কনা কনানো ঙসিদি মথরাইদ খাক্লগ ফুগদবনি।

তা - ফুহনবিদ্রিদ্রৈদ বা অম অমীদং হংজখিব য়াগত্রা?

মে— কম্নিনো? হংব য়ানি।

তা - (কুল্লম্বদগি হৌগৎলগ) ঙরাংসু ঙসিগ্ন ঐবু উপুদ থম্বিয়ে। ঐগি ইস্থুৎ কৈথেন ঙাকপ কন থাবিখিবগে?

মে—খঙদে, কম্নিগিনো?

তা— খোংনাং অচৌবগি মখোংদ কম্বী ক য়োনবী তোম্বী হায়বীহুদগি ঐন ক্বা শোৎতুন চাজব ৮৵০ শুখে। ঙসি পীগে হায়রমই ইস্থুৎ শুইন কৈথেন ঙাকপ থাবিদোম্নিবহুদ ম্নমদগি শেল

লৌরগ শিংবিথো হায়দুন অমুক্ত নিংশিংবিরবদি ওস্তোক মুঙাইজখ্রনি।

মে— অদুন লোইরব্রা ?

তা—ঐবু ইচা লোৎলি হায়জিনবিদুন হাজত্ত থম্বিয়ে, ঐবু হন্দক থাসি তলব ফংহনবিরয়োইদ্রাও ?

মে— থবক কারুব মুমিৎশিংগি তলব ফংগনি।

ঙয়াংদগি কাদ্রবনিন ঙয়াংদগি কাদ্রিফাওব ফংলরোই।

তা— ঐগি ইহুত্ত ইচা নিপা অহল যাত্রাশিংবু থবক কাংজব য়াগদ্রা ?

মে— নংগি নচা লমহেল্লি সিফাই থনব লৌরোই।

তা— ঐবুস্থ ফাজিন্দুন থম্বিয়ে, ইচান ইহুত্ত থবক কাবস্থ য়াহনবিদ্রে, ঐখোয়দি করি চাদুন হিংনি মেম্বর সাহেব ?

মে— নখোয় নপা নচা নরিল ফন থান উই, চাদ্রবস্থ অস্নম মুঙাইন লৈয়ু।

তা— ননাই হাওমুবীদুদি মেম্বর সাহেবন থাকপিগদ্রা ?

মে— কৈদোন থাকউনি নংগি মুপী শকথীবীদো।

তা— অঙদি ননাই ঐগি ইচা নিপা অহল অদু মেম্বর সাহেব খোয়গি ইশিং হোম্নব শিঙ খায়নব শিজগি পাখোল-ইখোল চৎহন্নব মীনাই ওইন থম্বিব ঙমগদ্রা ?

মে— মহা থম্মোই, মী অতে য়াম্ন লৈ।

তা— মেম্বর সাহেবন অদুক মী মুংশিব থঙদন ফত্রিসিবু মহা-ওইখ্রি ঙৈদগি পকপিরকপা লাইনারা নত্রগ মমাক ইবুঙো ওইবিঙৈদগিরা ?

মে—করিগিনো ?

তা— ফমদ, থবক্ত, মুঙাই য়াইফবদ ইবুঙোন ঐঙোন্দগি হেন্নবিরবস্থ
চহিদি ঐন হল্লি রা অমত্ত হায়জগে রাবৌগত্রা ?

মে— করিনো হায়য়ু।

তা— মী ফত্তবদি পুন্সিদ মুঙাইব ঙমদে।

মে— মংদি কয়া য়াম্ন মুঙাইরতুন ?

তা— ঐবু ফাজিন্দুন হুজিক মেম্বরন থম্বিরে, থবক কাদে হায়বগি
ইয়াল লৈত্রে, মুপী অঙাং মচিঞ্চাক থাকপগি দায়ীস্থ ঐগি ইহুৎ
মেম্বরন পুবিভম .থাক্লে। ঐবু ফাবিত্রবদি থবক কয়া শুমি
থরচ কোম্নদে, শেৎন চানব, ইচাগি লাইরিক তম্বগি থরচ
থবক অমস্তুং মুপী থিবিবগি থরচ ঐগি তলবন কোম্নদে হায়ব
খংবিতুন ফাজিন্দুন ঐবু রাহনবিদ্রে, মেম্বরন ঐগি ইহুৎ পুবি-
দোরে, ঐ করিগি রাকুদগে ? মশা কমব পুলিশ কৌতুন
ফুহনবিয়ু, কম্ন কন্ন ফুহনবিয়ু খাংজনি। অদুগ মেম্বরন থিবির
তারিব ইচা অনীগি থবক তলব অচৌব খনবিয়ু ইমৌ অনীতুদি
ফজবী ঙাক্ত পামজৈ, শুম্বিরবদি ইবেম্ম তম্পাকলৈমগুম্ব ঙাক্ত
পামজৈ। পেন্নব ফুহনবিয়ু খারু খারু নোকপিয়ু!

(কুন্দুন লৈ, মেম্বরন মথুৎ পুন্দুন চমন্নতুন হঙ্গৎ চন্দা চৎলি)

মে— ঐন শাওনিংনব রা ঙাংব নংন মুক তৈরিবসি করম্বা মুপীনা
তম্বি ?

তা— ইমান ঐ ইথন্দ পোকই, ঐবু ইমান য়াম্ন শাওন থীন চৈব
অমুক্ত থেংনজখিদে। মনাই ঐগি হাওমুবীত্ত মোমোন নোকপী

কৌনৈ নোকতুনদ লৈ, শাওব হৈতে হায়তুন। মেম্বরন শাওনব রা ঐন হঙ্গৎচখিব থোক্লবদি মেম্বরন তম্বিব ওইব তাই, ওজা অতৈ নমাই ঐগি লৈজদে।

মে— ( হঙ্গৎ হন্দা চৎতুন রাখল ওহাক তৌরগ ) নং ওসি চয়া হেল্লি হায়ব চুমত্রাও ?

তা— হেল্লি, ওরাং মুমিদাংদগি চাজরক্লি, চৈ খাংব রামনব।

মে— চাক চাথোক্লো, হয়েংদগি নং থাদোকপিরনি।

তা— তৌবিম্নু মেম্বর সাহেব, ওসিদদি চাক য়াওদন ফুহনবিথো।

মে— ফুহল্লরোই চাক চাথোকও, হয়েংদগি নং থাদোকপিরনি।

( মেম্বর রাখল তৌরগ চংখি, তাতোম্বন মেম্বরবু মুন্ন য়েংহৌই, মখুৎ মথোং মুংশিন য়েংই, ফমই, চিন্তা তৌই, ফুক হৌগৎলি, মখা চিকই )।

২/১

তম্পাকলৈমগি লম্লাই কাদ মুংদাং পুং ১১ তাব মতমদ আরাম চৌকিদ sleeping gown পারব অম মেম মান্ন শেৎ-চাদ্রগ তম্পাক লাইরিক পারি। মনাক্ত টেবল ফজরব লৈ, মথক্ত লাইরিক, ফোটো, ইলেকট্রিক টেবল লেম্প লৈব উই। ফক্লাংদ মথল মথাগি লাই থেংলি, ফাল অমদ রেডিও থমই। মতুংদ ফজরব ফমুং মান্ন থারি, লুখুমদ ফিয়ান লৈ; মৎল মধা অয়াম্ব dress য়াল্লি। খুল্লাদ মমল য়াম্নব খিরোল, স্না লুপা লাইরিরুচিংব হাপ্প আলমিরা খিল্লি।

লাইরিক নোভেল পারুবদগি ঘড়ি য়েংলগ থমজিল্লি, ইশৈ শুংলগ মপান্দ থোকই। মান থোকখ্রিডেদ য়াইম পরপ পরপ লোম্ন চংলক্লগ ফিয়ান মরুমদ থুপ্তুন লৈ। তম্পাক্ল চংলক্লগ মিংশেলদ কেন মশক যেংলগ ফমুংদ হিপকে হায়তুন কপ্তোকই। মপান্দ হুইশেল অনী অহুমলক খোংব তায়।

তম্পাক—ঐবু থোং লোনব কাওরম্মব্র ? (শোল্লগ মপান থোক্লুন য়েংই)।

(মপান্দ পুলিশ সন্ত্রি অনী অগুম্ন লাওনব তায় "অদোমদ মী লাকত্রাও?" কনাগি মীনো? "হুইশিযার, মী মানব খর মাংখ্রে")।

তম্পাক—সন্ত্রী বুড়ুশিংশিন ভৌজব শারিসে য়ৈনিংলেদ সত্য। হোদোংন উচী তান্ন দ খঙব মীন সিপাই খনবসিবু ঙকখ্রেদা।

(ফমুংদ ফমুম্বদগি হিপথৈ)।

য়াই—ঙসিস্সিসিদি হৌদোং নত্তে মীনি। (মরুমদ'গি)

ত— নংবু কনানো? করিগি সিদদি? (থংম হৌগংলগ)

য়াই—চেনগন্নু, লাওগন্নু। (পিস্তোল শিংহুন খোরক্লগ মনাক্ত চংশিল্লগ নঙোন্দগি অয়েপ্প য়া অম থঙনিংহুন লাকপনি।

ত— হে হে নং ওইরে; ঐদি থঙউরেদা। নংগি Toy pistol হু হুজক যাওব থাদ্রি? নং অঙাং য়াম্ন ওইরিমানে? কন্নু চৌকিদ্রুদ ফমজো। কদায় নংগি শান্ন পোৎত্নু য়েংগে।

য়া— নংবু চেনখিদোবগি তৌরিব্রাও?

ত— হুব্রানব নংনদি চেন্দ্রগ মপু গ্রৈন কঁরিগি চেন্দোরিব? মক্ল য়াওব্রনে অদুনো?

য় — ( পদ্রেক লাওন শুন্দ কাপ্লগ পীথি )

ত— অসিগুম্বসি ঊবদ ভাবন হেক্ত কিনহায়।

( ফমুংদ কল্লগ গ্লেই )

নং করম্ন চংলকই কিদ্রাও?

য়াই—হুব্রান্দুন চংলকইবনি।

ত— সম্ব্রোশিংগি নোংমৈ কিদ্রাও? অহিং নোংয়াই য়ৌব্রমদাই অসিদ হুব্রানবনি হায়দুন কাপথুবদি কমদৌগ্রি?

( চৌকিদ য়াইম্ন কমই )

য়া— থবাই মাংব কিদ্রিব অসি করিগিনো হায়ব থঙবিদ্রিবাও?

ত— হুবদগিনি। নংন শাকইবসি পঙহুন নখোঙম নমং থিজ-রকইবনি।

য়'— হুংশিহুন ভাওরিবনি হায়রবদি?

ত— ইশান য়াত্রে মুংশিতুন কাম্নয়োই হায়বসি নং খঙলব মত্রাও ?

য়াই— নহাল নংগ কাইনব মতমদ নংম Good bye হায়বম্বু খোম্থোক অম য়াওই, নংম ঐবু মুংশিদে হায়ব থাজদে।

ত— শোইথিব খোম্থোক ওইব য়াই, তশেংনমক ঐ নংবু মুংশিদে। থাজরব্রাও ?

য়াই—থাজদে ওইথোক্তব বাশি।

( অনীমক ডহাক তুমিন লৈনৈ )

য়াই—মেমা, চাক চারব্রাও ?

ত— চারে, তুমগে তৌরমইবনি, নংবু চারব্রাও ?

য়াই কদায়দাগ চারুনি হায়গে।

ত— চাক লাংদ্রাও ?

য়াই—চাক লাম্বন হকচাংসি চোকথরে, শিব ফাওব ওমগনি হায়ব থাকদ্রে।

ত— পুক থল্লগ করম্ন শিব ওমদোরিবা ?

য়াই—ক'রিনো খর চারগ হকচাংসি খর কমথংলক্লবদি নখোয়গি মুমথক্ত কাথংলগ চোংথতুন শিব ওম্মিদনা।

ত— মতুগি মশিতুন করি কাম্নরিবা ?

য়াই—ইতিক চাদন অম্বাংব কারুবগি তারকপনি হায়ব মীন খঙমহোৌরেদনা।

ত— পানব করি লৈরি অমুক্ত য়েংখিগে। ( উপুদ চেম য়োম্ব বিস্কুট পেকেত খর য়াওরম্বদু পুথোক্তুন ইশিং গ্লাস অমগ টেবিল মথক্তগি পী। যাইমম ওক্তব উত্তুন চে লেক্তুন চাই। ইশিং থকই)।

ত— খর কল্লত্রা শিব ঙম্মত্রাও ?

য়াই—ঙম্মনি, করম্ব মশি শিয়ু হায়বগে ? থৌম্বি য়াম্দুন শিয়ুরা, য়ুমথক্তুগি চোংথৌরা ?

ত— ঐ নংগি অশিব মশক্তু ,উনিংদে।

য়াই—অদুগ অহিংব ওইন উত্তম লৈয়ু হায়বদি কৈদৌন য়াদে ?

ত— মদুম্ম তল্লি।

য়া— অদুগ মখোয়গি সন্ত্রীশি'বু কৌদুন কাহল্লু।

ত— অহিং অথেংবসিদ নং কমদৌন ঐগি কাদ লৈরম্মীবনো হায়দুন মীন চিংমনি; পাবুংম বা থোক্কনি।

( য়াইম থোদেমই, তম্পাক মচিন মেমগে ভৌই )

য়া— ঐ লাওরগ মখোয় পাবুংবু কাহল্লগ নমাংদ হাৎহন্নিংলে।

ত— হায়, হায়, অদুম্ম ঙাওশিন্ননু।

( রুমাল অচোব অমম মচিন পুনশিল্লি মত্তক পারন )

য়া— লাওগম্ম হায়রগ ঐবু মুংশিবিরগেরাও ( পুন্দ্রিত্তৈ )

ত— ( খুবাক্ত থারগ ) তুম্মিন লৈয়ু। ( পুনশিল্লি ) ( মপান্দ লাপ্ন হুইশেল থোংব তায়, ঙহাক লৈরগ সন্ত্রী অমী লাকপ মখোল তায়, তম্পাক্ত য়াইমবু কাংখদ চংহল্লি, য়াদে )।

ত —কনা কনানো ?

সন্ত্রী —( মপান্দগি ) মনাই ঐখোয় রাউণ্ড চৎচরিব সন্ত্রীনি, চেপপিত্রিবা ?

ত —করি হায়বগে, মীকপ থোক্তকইবনি ?

সন্ত্রী —মিং-মা খর শি'বিম্ন ঙায়জগে তৌবা।

ত —কৈদোৱগে ?

স —হুৱানব ওইব তাই, নিপা অম সম্বল কাওতুন ঐখোয়গি Compound অসিদ চংখিগুম তোই।

ত —মোংমৈন কাপহৌব য়াত্রাও ?

স —নংহৌদে, ইবেম্মগি শঙ্গাইমচা সোমদ চেনশিনখিগুমই হায়দুনা থিজরকইবা।

ত · অওইত্র মহায়, কিজরেদা।

স —থোং অমুক্ত হাংদোকপিব য়াগদ্রা ?

ত – তল্লি হায়, ঐ হাংদোকপ ঙম্মোই।

স —য়েঙ্গাইদ কাদুন চংলক্লম্বস্থ য়াই, টোর্চ কাপ্তুন ইমুংদ অমুক্ত য়েংবিয়ু।

ত —( কাপ্তুন য়েংশিন্নে ) ইমুংদ লৈতে কদায়দগিনোমে।

মেম্বর —থোং হাংদোকউ সুপীমচা !

( কাক কাক খংলি )

ত —করিগিন্নো পাবুং ?

( খোংপাক্ক কাওতুন য়াইমবু কাংখদ ইন্সিল্লি, অনীমক্ক মুংশা থী, মোনপাক ফিদক চোম্বহল্লগ থোং হাংদোকই। মেম্বর অমস্তুং রাইফল পায়ব সিপাহ অনী চংলকই মেম্বরন কোইথি থি, লাইগি নোংদম্ম থেংনদ্রে )

ত —কনা থিরিরিবনো পাবুং ?

মে —হুঁ, করিস্থ নত্তে, চিংনব কোক্লব য়েংব হায়বদুনি! সভ্রীশিংন মীয়া হুইরা করিনো অম সম্বল কাওতুন চংখিব উই হায়বদুনা করিগুম নংগি কাদুকা খোংলমগদ্রা হায়দুন য়েংবরি।

ত —ঐদি পাবুং নোভেল অম পাদুন তুমথগে তৌবদ তাইরম্মি।

মে —অহিং অথেংবদ নোভেল পংপা পাগমু মুপীমচ। Novel দ য়াওরিব য়ায়ীশিংহ অয়াম্ব মঙ তাক্তনি তাইবঙদ মওব জাং, মঙদ পুক্কিং লুপ্লবদি তাইবঙদ মুংতাইগন্দেকো থোং নিংথিন লোল্লগ তুমউ।

( মেম্বর চৎখ্রগ তম্পাক্ত থোং লোনবর্গ )

ত —য়েংউ হায়, কনানো অম বুজারীদ ইশিং গ্লাস অমত্তু পীরকউ হায়্‌য়ু। ( সত্রীদ )

( য়াইমন মকোক লিৎপোক্তুন য়েংখৎলকই, থোরক্কে তৌই )।

( তপ্ন ) অমুক কাওশিল্লকউরাও ? ( মথোঙ থাঙ্গৎলি )

( কিতুন য়াইম চংশিনখি, তম্প্যাক্ত মখুৎ পুন্দুন য়াখল তৌরগ হঙ্গৎ হন্দা চংলি ) ।

য়াই —( মঙক লিৎথোক্লগ ) বুজারী লাক্লগ চাক অরেম্বকা লৈত্রা খর হংখোকো স্নাহনবী।

ত —চাক চাত্র হায়বু নং ঙসি উতুপ চানি।

( য়াইমন কীতুম অমুক লোৎখি )

বুজরী —( মপান্দগি ) মেম্মা ইশিং হায়বতু পুজরক্লে।

( থোঙ হাংদোক্তুন পুশিল্লকই )

ত —পাবুংগ সত্রীশিংগ তুরানব থিব কোইচৎ চৎলম্বতু কদোয়দ চৎখ্রে ?

বু —( ঈশিং গ্লাসতু মেজ মথক্ত থম্মগ ) পাবুংন চেপখ্রে, সত্রীশিংন ইংখোল অকোইবদ য়াউন্দ চৎলি।

ত —চাক অরেম্বকা লৈগৌদ্রাও ? হৌদোং ছইগনি লুখাক ওইরবসু য়ানি।

বু —করিগিনো ইবেম্মা ? চাকথুমদ চাকসু এঙ্গাংসু য়াম্ন লৈগৌই পাখং অকনব অমন চাবকাও ওকপ য়াই।

ত —অরুব পোং অম নঙোন্দ শিন্নব তারে, নং মীঙোন্দ হায়-দোক্কন লোম্ন থম্ব ঙমগদ্রাও ?

বু —মেম্মগি পোংপু কারিগি থম্ব ঙমদদগে। করি পোংবো তাকপিয়ু চেংন থমজগে।

ত —পোং অচৌবনিনহায়।

বু —কয়া লুম্ব কয়া চাওব জাং ওইরবনো, চেংফুদ থম্ব—

ত —মীনি নহায়।

বু —মী! কদায়দ থম্বিব ছজিরু ?

ত —লৈ, নং মাবু কদায়দ লোংকনি ?

বু —কয়া কুইন লোংকদগে ?

ত —ইমাশি, পাবুং, সন্ত্রী অমসুং মী অতৈ কনামত্ত থঙলরোইদব মতম তাঙ্গাদ মচাকপু ঐখোয়গি Compound গি বাংমদগি লাপ্ন চংহনখিগদোবনি ঐঙোন্দ মীন করিগুম্ব বদনাম পীশিনব ঙমদনব থবক তৌগদবনি, নং ভাব তারব্রা ?

বু —ভাব ফজন তারে মেম্ম, ইবুঙোহুবু কদায়দ চেপইবগে ?

ত —অহুবা নংন ভাব তারিবো ?

বু —কৈদোরগে মেম্ম ?

ত —ইবুঙোড্ডবু কদায়দ চেপ্টবগে হায়ন হৎইবু ভাব তারব হায়বড়ুরাও ?

বু —কদায়দ লানখ্রেবগে মেম্মা ?

ত— হুরানবড়ু কদায়দ লোৎলি মনা নৈরগে হায়ন হংত্রিব করি-গিনো ?

বু— তৌহৈত্রনে করিনো মেম্মা ?

ত— মং ভাব ফমল্লি তা কেরাণী, মথরাই মাংডুন তোকহনি, ঐন লোৎনিংডুন লোৎপ নিপা নত্তে। দাকু হুরানব, ঐবু চিংউব নিপাহুনি, ঐন মিংচৎ খিব তারে হায়ডুন ঐখোয় যুমদগি ফাহন্নিংদডুন তোবনিনে, খঙঙব্র ?

বু— ওঃ খঙজরে মেম্মা।

ত— হায় তাকু য়াইম খোরকউ। (তপ্ন খোরকই) ঙসি অহিং চেনখিব ওন্নব গোদোংগ লুখাক্ত নৈরবস্ত করিনো খর পীজরো। চেনখিবদ মী অতৈ খঙখিদোব নৈরবদি নং মাবু কদায়দ লোৎকনি ?

বু— কোত্তকি চুতলা মথক্তে শো লোন্দুন থম্ব য়ানি আহং ওঙ-রকত্রিকাওব।

য়াই করিগুম্ব মপান ইপান থোক্লিংলবদি ?

বু— ইনাও ইবুঙো হয়াম্ব নৈরী সুংশা থিরুনু। করিস্থু লৈত্তে, ঐন শেন্নদোরিদন।

ত— হুরানবসিবু মী অতৈ খঙহন্দনব তানথোকখিব ওন্নবদি হীর যাওব খুদোপসি নংগি ওইজনি, (পী, মী অতৈ হমত্তং খঙখিব

থোক্লবদি পিস্তোলন নখোয়িদ ঐগি ইজৎ মাংহনবনি। ভাষ ভায়ত্রা?

ৰু— ভাজয়ে নমাই ঐ।

ভ— অদুদি লোয় চৎমিয়খ্রো।

(চৎমিয়খিবদ)

য়াই—করি এঙ্গাংনো, ভা থোংত্রাও?

ৰু— চানিংবদ পীজনি ছোট সাহেব।

(ভম্পাক্ল ভাতুন লৈহৌই, বাখল তৌদুন হঙ্গৎ হন্দ চৎলি ফমুংদ হিপথৈ তূম্ব য়াদে, হৌগৎতুম ফমই)।

## ২/২

লম্বীদ খবর য়োনবন লাওহুন চৎলি। মতম:—অয়ুক পুং ৭॥• ভাবদনি।

মোক্ত ফুরিৎ অম লিৎ কৈজোম অম কৌন শেৎ যাত্রাম মপা কৌদুন কপতুন চেল্লি। মমান্নব অতে খরমু ইন্নদুম চেল্লি।

যাত্রা—ওঃ বাজী, ও বাজী; ওম্হোকপনিদকো বাজী! (চাওবী মফি মোল্লপ তৌন শেৎ, ইন্নফী মজুমব অম ইন্দুম কপতুন মংখায়গি মতুংদ চেল্লি)।

চাওবী—আঃ ইবুঙো ওম্হোকপ মতৌনিদকো!

হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ! ঐদি মাংলেদকো।

খবর—খবর পাবীয়ু, খবর মুংশি মশু লাংগি য়েক লৌনদুন হাও-জোংবন্দ—খবর—। ওয়াং অহিং থানাপি উপুদ মী অম শিংবত্মে খবর—জাপান্দ য়ুহারাদুন মী য়াম্ব শিরে খবর—শ্রীবুৎ মহারাজ ইবুঙোন ইম্বোকপ খুল ৭ শুয়ে খবর—।

( লাওদুন চৎখি )

( অতোপ্প নাকল অমদগি এসঃ আইঃ অমসুং মেম্বর পরপ পরপ লাকই )।

মেম্বর—( মুংশা থীন ) দাক্তর থানাদ নং হুজিক পরপ পরপ চৎতুন ওসি শিবম্ব নিপাসিগি Post mortem examination কনান লৌগদগে ঙংউচো। লৌগদৌরিব ডাক্তরদু ঐহাক অমুক্তং হুজিক উন্নদব য়াদে হায়দুন ঐখোয়দ পুরকউ।

এস আই—এস সার।

( পরপ পরপ চৎখি )।

( লাইট ওফ )



নুমিদাং পুং ১০॥০ তাবদ চাওবীন মাঙ্গোল্দ থোক্লুন অমম্ব অহিং য়েংলগ তেংথাড়ুন কপই। লৈশিংত্রব মপুরোইব অমম্বুং মাঙ খুব মচানিপা কোর কোয়ড়ুন। অঙাওবীগি মতৌনি—মাঙ্গোল্দ লালটেন মুৎলি মুৎলি অকায়ব অম থাল্লি।

চাওবী—নিপামচা! ইমাগিম ইবুঙো য়াইমা লৈবাক্কিদি তাকু য়াইমা নবু কদায়দ লৈবগে? নপাগি পাওসি তাব ফংদব লমদ লৈরত্রা মংবো? নত্রগ নপা নচা পূম্

তাইবং মালং লান্দুম,
কোব তাদব লমলেন্দ,
লোয়নড়ুম চৎলত্রা?
খাইন মৈরিন য়াইড়ুন,
লায়য় খাংপোক মৈহৌরেদো
লেপকং কংলবী পামেলগুম,
কাহৎলেদো ইমাদি।

হা ইবুঙো, নপা মচাবু কদায়দনো?

(ফম্নম্বদগি ঙাওরি ঙাওরি শন শায়গ হৌগৎকে তৌবদ লোনব)

করিনো করম্নো ইমা ইমা!
খঙহৌদন য়ুহায়রে, চাকঙা, চাকঙা!
থম্মোই অসি চীংখায়রে ইমা, ইমা।
ঐবু কদায়দনো লৈরিসিবো?

( কোয়ন মাই )

ইথুম মাঙোন্দ লম-মাংমরে,
মনিংথোঙ কদোমদনো ?
মমাংথোঙ হায়বদু কদায়দ লৈবগে ?
মঙলা তাইবঙলা ঐবু ঙসি !

( হৌগৎতুন ঙক্ল )

লাইর মণ্ডলেন্দ শারম্ব দলান্দো,
কিন্থরিবসিরা ইকোকথক্ত ?
অসিরা তাইবংপান, তাইবঙপান
মপু নংগি মোংদম হায়বদো ?

যাত্রা তুম্মবদগি মামিৎ নোইদুন থোঙজিন্দগি থোয়ক্লগ মমা য়েংই, মথুৎতা গিরাগি থাঙ পায়রি )।

যাত্রা—মোংয়াই য়োদোররিনি, তুমগেদি হায়ত্রদুন কৈদৌরিবনো ইমা ?

চাওবী—কৈন্স তৌদে ইমা, মুংনাংবগি তুম্ব চংদতুন স্থুম হকচিক লাংঙমইবনি।

যা— মুংনাংগন্সু ইমা, নচা লৈবী। নচানিপা অহল যাত্রা লৈরি। সোয়াৎ অসিদ লোইখিসি হায়দুন তৌবনি। মতিক লৈব ইমাক থুনব মীন মতু শোনব লায়রববু মতম পুম্নমক্ত লাকচদুন থক লৈব য়ায়োই। বাজিদু মথন্দ শিখিব নত্তে, পুলিশ মেম্বরগি থুজিন্দগি মপাঙ্গল শোল্লব ইপাবু পুলিশ অকনব থাজিন্দুন ফুহনবদ শোয়খিবনি। ডাক্তরন মেম্বরগি শেল চায়গ মথন্দ শিজননি হায়ন থুমখিবনি। তাইবঙপাম অসিদ

মতু শোনব লাইরবগি মিচং লৈতে চুমগে চুম্মু লানগে লাল্লু। লায়রব অতোনব ঐখোয়দি ইখুৎকি মতেং লৌহুন ইখৌ পাংথোকপ তাই। খঙগনি তাতোনববু তুহৎপ তাইবঙপাম, মতম, নংন সাক্ষী ওইহৌ।

চাওবী মতুম্ন শাওগৎকনু নিপামচা। অতাব অমম তাখিহুন অঙম্বশিংদ তম্মুরগ ইমা ইচাগি অৱাব মম্বোদ লূম্ব হেনগৎনবনি। মনাওগি অশেংব পাও অমত্তংগ তাখিসি, অহুগ উকিলশিংদ হংলগ তৌনব য়াব মকদ্দমা তৌহুন য়েংসি। মহুদম্নু মায়-থীরবদি মচিম মনাওম অপাম্ব লম্বী চৎখিবদ ইমাম থিংলোই। অশেংব তাংদাংব খঙদ্রিইঙেসিদদি কা হেম্ন শাওগৎলুখিনু, অশাওবন খুহুম চনখ্রবদি অপাম্ব থবক নিংথিম পাংথোকপ ওম্মোই। কনানো অম অমম্বদ—

( মশক খঙদনব মকোক্ত খুদৈ অৱাংব অমম য়েংশিল্লগ বাবু চংলকই, চৈ অম পায় )

য়া— কনা ওইরবনো ?

বা—( মফি তাথৎভুম থোয়ল্লগ ) ঐনি তাচৌ। ( উহল্লি )

য়া— য়াইমদি কদায়দ লৈ, লাকপ্রাও ?

বা— মহাক ঐগ কায়নব ওসি মঙানি শুয়ে। ঐদি লৱাইদ লোংহুন লৈরুবনি। বাজি লৈখিদ্রে তারহুম হংব লাকইবনি। ভায়া য়াইমবু অমুক্ত লাক্ত্রা য়ুমদ ?

য়া— মহাক য়ুমদম্নু লাক্তে, কদায়দ লৈ, কদোমদ চৎখ্রে পাও অমকাও তাদহুম মুংশা য়াম্না থীরে। অমকপদ ইম্ফালদমক

নত্রবস্ত পংলাপ লাপ্তুব লৌবাইদ লৈব খোক্রবদি বাজি লৈ-খিদবদি পাও তাদুন য়ুমদ হল্লকনি হায়ন নিংই।

চা— আঃ ইবুচো, ইমাগি য়াইমও।

বা—ইমা কপখিন্নু ১তম থেংলে, অতাব অমন তারগ করিমো হংলব য়াই। ঐ মী ওতৈ খঙহন্দন লাকচরিবনি। তায়াত্তু লৌবাইদ লোৎমিন্নসি হায়ব য়াদন মথন্দ দরবার মেম্বরখোয়গি য়ুমদ লোম্ন চংলগ মচা নুপীগি মরা অমত্তং হংগনি হায়দুন অহিং অথেংবদ চৎখিবনি। অহুদগি ওসি মঙানি শুরে ঐগ উম্নদ্রিবা।

চা— নুপীচনবু ইবুঙে মাবু থরা পাম্বিবজাৎলা নত্রগ মশান ইয়া য়াদন নখোয়নীন পামজদুন হেক্ত চিংপুব জাৎলা। করিমত্ত ইকাইন্নু।

বা— ইমা নুপীদুন তায়াবু পামত্রা হায়রবস্ত পামদে, পামদত্র হায়-রবসু পামবগুম তৌই, ঐ মুন্ন তাব তাদে।

যা—সন্ত্রীন কোয়ন ঙাক্লব য়ুমদুদ চংগনি হায়দুন চংলুরবদি হুরান-বনি হাযদুন শোয়দন ফারন্ধনি।

চা— হুরানব ফাবদি পাওস্তু তাদে, থানাদা খম্মোইত্রাও তারবদি

যা— তৌব ঙম্বা মতিক লৈব মেম্বরনিন মচা চিংলুবগি শাঙ-মনথিদুন বাজিবু শিনব য়েহনবগুম তৌখ্রব খঙদ্রে।

চাও—হা হমাগি হবুঙো, য়াহন নংবু কদায়দ কমদোই লৈরিবগে? হমান বারিবসি নংবু উদত্রা? নমঙ নহাদ ফাওব তারিব দশাসি উদ্রবনে নমহেনবাও?

বা— কপপিখিন্নু হম তপথবিখে। ইমুংদ চংলগ তপ্ন খমরুসি মপানশিদদি মী অতোপ্পন তাখ্রগ ফত্তে। বাজিবু য়েববু শি-খিবনি হায়নত্রনে তাচৌ?

যা— মচুম্ন থাজৈ ইয়াখদি। লমন থুম্বা ভারি। মতম থেংলে ইমুংদ বারী শানব চংসি, বা থর লৈ।

চাও—নংদি নিপামচা চাক কদায়দ চারকই ?

বা— ঐ মুংদাংগি চাক্তি চাদ্রি। অয়ুক্তি বাংভুদগি চাজরকই ইমা।

চা— ইমা থোংগে চাক চাখো, চংসি নতাওগি শরুক থরা থাকইবসি-নদি মবুক থম্নি থাজদে। নংন চারগ ইচাদু মবুক থনব ওইসনু।

বা— শ্রাদ্ধন কদোইঙে থোকইব, অদুগ শেলন কনাদগি পুরব ?

যা— ইবুঙো শ্রাদ্ধবু শোন্নগদ্রা কেশ তৌমব উকীলবু নেকদ্রা খঙদ্রি।

চা— মুভাইরিপোৎনি ইবুঙে, নংগি বাজি লৈতবগিবু বাগদ্র, নতাপ মাংখিববু থিগদ্রা মফম মরাং খঙদ্রিঙৈসিদ পুরোহিৎক উকিলগ লাম্বা তৌমদুন খৎনরি। পুরিংন হায়রি কেশ অরায়বনি শোরাৎন লুই, উকিলন হায়রি শোরাৎতি অরায়বনি লাইদ সিদ্ধা অম থিল্লগ য়াপোৎনি হিঙ্গোল য়োম্হোকপগি অয়াম্ব শেল কেশত তিংহল্লু, ক্ষতিপূরন্ন মেম্বরদগি ভান্সি হায়রি।

বা— হিঙ্গোল য়োল্লবদি কদায়দ লৈনি।

যা— ইবুঙো ঐখোয়গি লৈফমগি বা লাইরি। ছজিক য়াম্ন লুরিবসি ঐগ্যা পুরিৎকা তাইঙো উকিলগ অনীন হিঙ্গোল য়েম্নবদ খৎনারিব রাফম অসীনী, মহৈ মহৈ য়াম্ন লোনগদবগি হোৎনবদ।

চাও—খঙদ্রে খঙদ্রে, কপ্ল কপকদ্রা নোকপু নোকদ্রা।

(চংমিন্নখি।)

২/৪

মতম : পুং ৫ মুমিদাংবাই।

মফম : মেম্বরগি য়ুময়া লৈকোল।

মথবাই পুংভাইতন মেম্বর হন্‌ন্‌ছন্দা চৎলি, মধু এনঃ আইঃ লেপ্লুন লৈ। স্নাতোম্বীম পাওতাক পীরি।

সনা— মুপী ওইন পোক্লমগদবন নিপা হেক ওই, নিপা ওইন পোকদবন মুপী হেক ওইরম, তাইবঙ মপুগি থুংশেমসি কমদি কজে হায়ববু ওন্ন-তৈমব থব য়াওরম্বসি মুভাইখিদ্রেদা।

মেম্বর—করিমোনহায় নিপা মানবী নংন জবেং জবেং ভাংইভবো ?

সনা—থোকখ্রব বাদি থোকখ্রে, করি কাম্নব মুপী মচাদৌন ইপাক্ত চারম্ব ঙা ক্ষাবিয়ু হায়দুন কপ্লিবগে। জগোই ইশৈ য়েংউসি, কায় তোংদুন দিল মুভাইনব কোয়রুসে, নিপামচা থোকও।

মে – মী হাৎলে হায়দুন বদনাম তৌরিবসি কাওথোক্লুন ইমানীবু জগোয় য়েংউসিরাও থৌরাণী শাবী। কৃষ্ণ শাব পাথং অম থিরগ কারদ পুখ্রো।

সনা—অঠক নথবাই পিকপ আয়োম শাব নংন মী শিনব ফু হায়দুন করিগি ইন্সিল্লুরি ?

মে – কম্ন ফু হাৎলু ইমশিনখিবদি নংননিনে Lady Macbeth !

সনা—ঐন ইচিম কন্দুন ইন্সিন্দুন মী হাৎলুরে, মী হাৎলুবী ঐ থবাই বাজগে, মুপীমচা বৈষ্ণবী নং নথবাই বাক্লুরমো, বাশক য়েংউসে।

মে— ইস ! ইকাইখ্রেদ লৈবাক মমাংদ ! মুপীন ইমুংদ জবেৎ জবেৎ ভাংবসিদি সত্য নিপাদুন মপান থোকখিবদ মথৌ শিংথিন

পাণ্ডব ভস্ব হৌনদে, লম্বীদ হৱাগাড়ীন তকুন শিখ্রিব নিপা, মী তকপ ড্রাইভর অনীমক মচিন কনবী মুপীগি মতৈ ডাক্তর ওইরমগনি, ইশ্বরন খঙনি।

সনা মুপীনবু থৌজিন্দ্রবদি নিপাসিদি মকোয় কোক্তুন মুপী মান্নব তোৎনবদ নত্তুন ফনেক ফাওব কেরবনি হায়দুন শেৎকনিয়ে।

মে— মী থৎনৌ হায়দুন ইনশিল্লগ মুংভাইব, মী থৎনরগ মবুক থনব, মীবা ভাংনরগ অয়াম খোয়াং কাওব মীশিংন য়াম্নব মতম অসিদ তৌগদবসি লুখ্রে মধু। মথন্দ শিজব নত্তে, পুলিশন ফুমন্দুন শিখিবনি হায়ব কাংবু অমন ইনশিন্দুন কেশ থাক্সৎখ্রে হায়ন তারি। কেশত ভস্ব ভমদবগি বাদি লায়রদুন মাংখিগদৌরিব ইজ্জৎ, মিংচৎ—ঐবু মীন থীন ভাংনদৌরিব, থাজরোইদব ময়ামসি থল্লুরবদি শিবন ফখ্রে। শিগদৌশরুক লুপা লিশিং কয়ানো তিংজগনু উপায় অম থিব তাই।

এসঃ আইঃ—.শন পায়দব মমা মচান তৌরকপ কেশন Sir বু ভস্ব হৌনদেদা। করিমত মুংশা থীবিরুস্নু, কেশতু ঐগি দায়ী ওইজগে, পুজরকসনু উকীল হৈরব কনা কনানো। ডাক্তর ফংই ঐখোযগি খুত্ত লৈ।

মে— ডাক্তর সাহেবক প্রেসিডেন্ট সাহেবক অনীসিদি ঐখোয়ন ফাব য়াগদৌরি, অতৈ মীতৈ মচাগি জাৎতি করিস্নু লৈতে, ইরাই লাই। ঐন পামইদি কেশ তৌনদব, তুমিন্ন তৌরুব মদুগি লুপা কয়ানো তিংবদ ঐ বেয়া লৈতে তিংজগে।

সনা—ওস্থোক্ত পংশ্রেদকো সত্য! শেল তিংববু পাম্মুত্রবদি মমা মচাত্তবুদি মচিন মেনবিগে। লুপা লিশীং অনীথক পীযু কদায়। ইয়াই লাইব য়াদুবু অদুক লুন থম্নব হৌনত্রাও।

মে— লুপা লিশীং অনীতুম কৈদোদোরিবা?

সনা—লুপা ৫০০ ন শ্রাদ্ধগি, ৫০০ অমম মচা নিপা অহল লুচোংনব, ৫০০ অমম মচা য়াইমগি অদুগ অরেম্ব ৫০০ অদুম মমা লুখ্রাবীতুন লল্লোন ইতিক তৌদুন হিংজনব পীয়বদবু কেশ থাঙ্গৎলকপদি হায়রুন্নু—।

মে— মচানিপা য়াইমত্ত থিব ফংদ্রিবসিনি অরুব।

এসঃ আইঃ—অশুক কম্ন থিবদ ফংদবসিদি মতুগি অভাংতু মণিপুরদ লৈরমদব তারে হায়ন থঞ্জে।

মে— মক্রগ মতুবু মথন্দ আম্মাঘাট তৌদুন শিখ্রব জাৎলা থঙত্রেনে।

এসঃ আইঃ—মাংখ্রিব নিপাসি মথন্দ নত্তে, অনীশুরি, মাগি মমাম্নব ক্লাস নাইন্দ তম্মিন্নব বাবু কৌব অমগনি, মথোয়নীন ইবেম্মবু চিংলুবনি।

(কেরাণীন চা কপ অহুম পীরে)

মে— মমা লুপা ১০০/১০০ পীনি মখোয়নিগি লৈকম লোৎকম অশেংব তাকপ মীদ হায়ন নোটিশ তৌসি, হায়ত্রা?

এসঃ আইঃ—থঙদে অদুন ফগত্রা, Sir ন স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু।

কেরাণী—তাকু য়াইম থিবগি মনাসি নশাই এৈন তাক্লবম্ম পীবিগত্রা?

সনা—করি পীদনি নংবু থঙত্রবহায়? হা কদায়দ লৈ?

মে— নংনবু মাগি অশেংব লৈকম তাকপ তম্নবদি লুপা ১৫০ পীগে।

কে—ঐন তাকই হায়ব কনামত্ত হায়দোকপিয়োইদ্রা !

মে— কৰিগি হায়দোকউদগে, মংবু কৰিমত্ত চেন্নয়োই তাকউ, তাকউনহৈ খঙলবদি।

কে—ঐন তাকপনি হায়দোকপিরক্লবদি ননাই ঐদি মপোক অসিমগি মাংলেদো।

সনা—মং কৰিমত্ত মাংলোই। যাইমবু ক্ষায়গ ফুব চৈব জেলদ পীব তোগদব নত্তে। মগাকস্থ লুপা ৫০০ কংগদৌরিবনি মংম ১৫০।

কে- ঐখোয় ইবেম্মা তম্পাকলৈমদ মুম্ন অমুক্তং হংবিয়ু, খঙলগ য়াই।

( ওক্লুন মতৈ মনাও মমিৎ চানৈ )

মে— অশুইত্রনে কেরাণী ?

কে মশাই ঐদি অতুম্ন থাজে।

সনা—ঐখোই মেম্মনবু তাকু য়াইম লোৎলিবা ? অহকপ ওই-থোক্লব স্নানি কেরাণী।

কে মনাই ঐন তাকপনি হায়বিরকপদি য়ায়োই, মেম্মদ জ্ঞান তান অমুক্তং হংবিয়ু।

মে— লাও চংসি চংউসি।

( অহুম মাইকৈ অমদ তম্পাক্কি কাদ চৎখি, কেরাণীগ মতুং হল্লগ চেনখি )।

## ২/৫

মফম : মাল্লব তম্পাক্কি লাইরিকশঙ।

মতম : সুমিৎ তারক্ষুন থাওমৈ থাঙৎপ।

তম্পাকলৈমদ্দ শামী কেন শেৎলগ অয়াম চৌকিদ ফমই, মমাংদ মখুৎ লোয়ক্তুম য়াইমম গিয়া থাংবগি ফমফমদ কিন লৈ। মেজ মথাক্ত লাইরিক লাইস্থ কয়া থমই, চেন শাব কুল অমস্থ লৈ, মী লাক্লগ ফম্মব চৌকি ৪/৫ সু লৈব উই।

তম্পাক—পুলিশশিংদ্দ নংবু ফাদনব লাপ্ল নথম্বাই হিংনব চেঞ্জখ্রো হায়বদ নংন য়াদ্রিব কয়িগিনো ?

য়াই—পুলিশন কাখিনি হায়ব কিয়বদি ইবেম্মবু চিংবগি থোমা লৈজরম্মোইদবনি। ঐন কিজরিবসি থানাগি উপু নত্তে, থম্বাই অয়েম্বদ মাঙববুনি।

ত— অদুবু নথম্বাই মাংদনব চেঞ্জখ্রো।

য়াই—চেল্লগ অয়েম্বদ মাংগদৌরিব, চেন্দ্রগ হিংদোম্বিব নত্রগ মাংতম চাম মাঙগদৌরিব।

ত— করম্মা, নংন হায়রিবত্থু ঐ ভাব তাদ্রে।

য়াই—মৈয়ামবীগি থাওমৈ ওইরিবী ! থাওমৈম মাগি মগুণ মশাক থঙজরম্মবদি অস্থক য়াম্ব মৈয়ামবীগি তেঙ্গোল অসি অয়েম্বদ মথম্বাই মাঙনরম্মোই। থম্বাই পানব ঐহাক্কি সুমিৎ নহাক্কি ইবেম্মা, থম্বাই পাম্মুব ঐন সুমিৎ নঙোম্দগি লাপথোক্লম কয়ম্ব হিংলুদগে ?

ত— ফজে, তাকু য়াইম ফজে। নংগি নতিকচাব পাওখুম্নি। নংবু পাবুংন খৈদেন্দ পুখোক্লন য়ৈনি, লৈবাক মীয়াম মমাংদ খোঙ্গোইমনি হায়রিবসি নতিক চাব মমানি ইবো। ছাত্র-ছাত্রী ময়াম্ন স্কুল কানরকপ মতমদ ফুহনব তাই।

( মেম্বর, সন অমসুং S I লোয় বারী শাবছু তাম্নি )

য়া— ঐবু ফুবদ কুম্মে য়েংদোরিব ছাত্র ছাত্রীশিংগি মরক্ত ইবেম্মসু য়াওবিয়ু। নঙুংলাংগিদমক অয়ে কৌবদ হায়জদনা ইখরাই মাঙজখিগে।

ত— তায়াইমম ঐবু মুংশিবিরিবসি সাবিত্রীন অদুগৈ সত্যবানবু মুংশিখিবদুমুক মুংশিবিরব জাংলা? গাইত্রংগি শিমিন্নসি হায়দুন পংশিংদ শিংনরকপগুম নংন তৌরিবসি ঙকই।

য়া— থাজবিত্রগ অপাম্ব পরীক্ষা লৌবিয়ু। নঙুংলাংগি শিব কিদ্রব নিপামচানি। নিংখিম হায়জবদ তাবিত্রবদি নয়ুমদ শিরগে বাশক্তুন লাকইবনি। খোংবী ঐন শামুগুম্ব শমিংগ শিংনব কিব হৌনদে।

ত— হায়, শিব হায়বদুদি তৌনু তায়াইম, নং তম্নরক্কনি।

য়াই—শিগন্সু হায়রবদি ঐবু মুংশিবিয়ু।

ত— মমা নপা মুংশিবদুগ ঐঙোন্দ মুংশিবদুগ তম্নদুন য়েংউ। কনান হেল্লি?

য়াই—ইবেম্মবু মুংশিবন হেল্লি।

ত— মমা মপান পিশক পিক্লিঙৈদেগি য়োকপী থাকপিরকপদু কাওরদুন খংমু থক্কি ঐবুন হেন্ন মুংশিরবকো?

য়াই—পিক্লিকৈভেদ ওইরবদি ইমা ইপান হেন্ন মুংশিন্নমগদব, হুজিক্তি চাওন্নবনিন—।

ত— (মঙক মোম্মগ) ঙ্করে অদুদি ইশুংলাংগিদমক নমা নপা য়েব ঙম্মত্রা, কাওথোকপ ঙম্মত্রা ? ঐনবু য়ানি হায়রবনি নমা শিবদ নপাশিবদ কপ্তব ঙম্মত্রা ? ঐগি ইনাক্ত নোক খেত্তুন লৈব ঙম্মত্রা মখোয় শিবগি পাও তাবদ—হা ? কৈদোন থুমদে ?

য়াই—ইবেম্মন মহু পান্নরবদি ঐ ঙম্নমগদবনি, তৌইগুম্বমুং নংগি নশক্তু মহু পান্ব শক নত্তে, মমা মপা মুংশিজবদ শাওবিগদব হিংচাবী নত্তে ঐগি তম্পাকলৈমদি।

ত— ঐবু মুংশিগে হায়রবদি মমা নপা শিবদ য়াদব তাই, ঐদি হিংচাবীনি খঙউ য়াইম।

( মেম্বর লোৎকমদ মঙক হাই )

য়া— কৈদোঙেদস্ত ওইব য়ারোই নতাৎনি শকহেনবী নহাক্তি।

ত— ঐন হায়রিবসি অশেংবনি য়াইম। ঙম্মোইদব ওইরবদি মফম অসিদগি চেনখ্রো হুজিকমক।

য়াই—ওইদব য়ানি ঐ চৎলোই মেম্ম।

ত— ঐম হায়রিবসিনি হুজিকমক চেনখ্রো। ঐবু তশেংন মুংশিগে হায়রবদি নমনাইগি অয়াব অনাব লৈব য়াদে। ঐন কপ্পু হায়রগ কপকদবনি নোকউ হায়রগ নোক্কদবনি। বস, সিন লোইরে।

( মেম্বর, সনা, মধু চৎলকই।)

মে — ( মপান্দগি খোদেম্নগ ) নুপীমচা নংগ ঝারী শায়িব থিপাহ্নু কনানো ?

( চংলকপ মথোল তাবদ তম্পাক্কী মতুংদ লোৎকে তৌই ) ।

ত— পাবুং তাকুয়াইম শায়ব ঐবু চিংউব লম হেনব অঙাংহুনি ।

( য়াইমম মেম্বর + ম্নাবু থুরুমই )

মে— তাকুনি ফাও মথু ।

( মথুন য়াইমবু মথুৎ তুংবুমৈ )

নুপীমচা ! নিপা অসি মকম অসিদ করম্ন লৈরমইবনো ?

নংন কৌরুবিত্রা ?

ত— নত্তে পাবুং, মহাল অহিং অম ওসি ৭/৮ নি শুরত্রা হুৱান্দুনে ঐগি কাসিদ চংলকই ।

মে— সন্ত্রীশিংন থিব লাকপদ নংন কনাসু লাক্কে হায়ন থুমখিবহুদি ।

ত— ঐগি কাসিদগি মাবু ফারকই তাবদ মীন মোক্রুখিনি হায়ব কিদুন মশান চৎহনখিগে মপান্দগি ফাররুব খঞ্জরুবনি ।

মে— মহাক্ক ওসি ৭/৮ নি শুর ফাওব চৎখিত্রিবসিদি ।

ত— কেরাণীন ফৌ কৈদ লোৎলি হায় ।

সনা—চাক্তি কনাদগি চাৱিব ?

ত— লুখাক চগুম অয়েম্ব থর পীজে হায়গুম তৌই ।

স— সিদ লৈরমইবসিদি ?

ত— চেঞ্জখ্রো হায়দুন তাকপিরম্মিবনি ।

স— করিগি চেন্দে মহাক্না করি হায়রি ?

ত— ঐখোয় মুমসিদ শিগনি হায়রি, গাইত্রংগি খুৎলাই ওম্রব শিমিন্নবদু য়াম্ন পামই। ঐন মতিক চাদে হায়দুনা—।

স— চায় নিপামচা! নংন মুপীমচাগি কা অসিদ মথন্নাই থারগে হায়ন্নিবু করিগিনো ?

য়াই—ইবেম্মন ঐবু চানবিদ্রবদি শিজন্ননি হায়জরিব।

মে— নংবু পুলিশ তাতোম্বগি মচা অশেংত্রা ?

য়া — মানি অজ্ঞা, ঐন বাজিগি অনৌশুব মচানি।

স— নচিন্ননাও কয়া শুই ?

য়া— ইয়াম্ন অমত্তং লৈজৈ মমিংন যাত্রা কৌই।

স— নংন শিব কিদ্রিবসি ঐখোয় মুপীমচ মশুং লাংগিনিকো ?

য়া— মানি ইমাসি।

স - মুপীমচানবু করি চাযরিবগে ? মশান য়ায়ত্রাও ?

য়া— য়াবিদদুন শিজদৌরিবনি ইমাসি।

স— মুপীমচা! মীন মথন্নাই ফাওবা থাব পাম্মুদন নংবু মুংশিন্নবদ নংন য়াদ্রিব করিগিনো ?

ত— ( খুমদন মমায় লুকথৈ )

স— কন্যা কথোকথিব য়ায়ত্রাও ?

ত— পুলিশ মচা অমগি ইমুংদ কৌব, মশকন্নু মহৈন্নু মরমচৎন্নু য়াওদব নিপাসিদ করম্ন ইমাসি ঐন লৈদোন্নিবনো ?

স— নংম মুমিং তরেৎ নিপান্নি য়াওং ইলহনদুন থম্মব ইয়ানিপাসদ নংবু থাজদন য়োং কনাদ নংবু পীরুদগে ?

ত— মভোন্দ লৈনিংদবুন, মহাকপু ঐখোয় যুমসিদ ফাখি হায়ব বদনাম অসি থোক্তনব লোৎতুন থম্মুবনি।

মে— বদনামদি থোক্লুন লোইখ্রে, কায়দ্রে মুপীমচা। মুমিৎ অফব অম য়েংলগ নম্বাইবক্ত তম্নব নিপাসিদ নংবু থাজবন করনি খল্লে।

ত— খোঙ্গোইনবদ মতিক চায়ব নিপাসিদ ঐবু করম্ন লৈগদগেনে পাবুং?

স— মংগিদমক মথৱাই থাব কিদব নিপাসিদগি হেয় ফব পাক পাক থিব খঙলোই মুপীমচা।

(য়াইমন ইঙক ঙক্ল হয়াওই)

ত— মথৱাই থাব কিদে হায়রিবদু ভাওশিয়রিবনি ইমাসি, মসি অভাংসি মবুকচেলবু য়াম্ন শেংদে।

স— করম্ন খঙই মুপীমচা? মখোয়নিদি মবুকচেলকা য়াম্ন চাং য়েংনরব জাৎ ওইরেকো?

ত— ঐন মভোন্দ ইশুংলাংগ নমা মপা য়েব ভমগত্রা, মমা মপা শিব মতমদা ঐন কপকয় হায়রগ কপ্তব ভমগত্রা হায়ববু মচিন কয়া চুমদে।

স— চুমত্র ইয়ামুপা। মুপীমচান হায়রিসে?

য়া— চুমদে ইমাসি, মান হায়াম্নমখে য়াজগে হায়রিবনি ননাই ঐদি। নহান স্নাইল লোকচাওদম্নু হকোক কায়বমখে ফুবদ ঐদি খুৎ হঞ্জপোৎ নত্তে।

স— মং নতুন ভম্পাকলৈবগি চৈফু খাঙগদব নিপা মণিপুর চীংজ কোয়বসিদ লৈত্রে ইবো। থাদোকউ মধু, ইয়ামুপাবু পুম্নিব

করিগিনো ? ঐগিদি বা লোইরে, মাই পাবুংগি যাদ ভায়রে।
(মধুন থাদোকই)

মে— নচান হায়ব ইনগনি, ময়ম ওঙ্কনি, মকু মনেম্বু লুন নিংগনি হায়রবদি সনা নংগি প্রস্তাবতু ঐস্থু সমর্থন তৌরে।

(য়াইমন মকুবোক অমসুং মনেম্বোকি মখোঙ শোকক্লুম থুরুমই। থুদক অচুমক্কদ যাত্রা অমসুং চাওবী পরপ পরপ লাকই। যাত্রান মরু ইকোক কোকই, ফৈজোম অম শেংলি কুরিৎ শেগাইব অম লিংলি; মমাম মঞ্জুনব ফীজোন শেং ইল্লি)।

চা— (থোংজিন্দগি য়াহম। নংদি সিদ মুঙাইন লৈথোকইবোইরে, ইমাখোয়নদি করি লমদবু মাঙখিরবনো হায়দুন কপ্পরগ।
(মেম্বরদ থুরুমই)

যা— ইনাওদি অর অন খঙদন লৈরমইবোইরে ? (মেম্বরদ থুকমই)

মে— ইতৈমস্থু ইবুঙোস্থু তান চান লাক্লে, য়াম্ন ফরে। অঙকপনি ঈশ্বরগি নোংদম। ঐখোয়নদি য়াহমবু মরাল লৈব মীনি ফারগ দণ্ডি পীব চুমই হায়দুন থিনরুরি। মাবুদি ঐখোয় মুপীমচান লোন্ত্তুন থনম্মে ঙসি ৭/৮ নীসি। মরাইবক মরাইবক্ল তম্নরব হায়বতু ওহব তারে মরম অসিন মখোয়নীগি লম্বীদ ঐখোয়ন তিঙথং শৌ থাকউবগি কাম্নব লৈত্রে। শ্রাদ্ধবু হংচিং থোকইত্রা, হয়েং থোকইত্রা ?

চা— হংচিংনি।

মে— শ্রাদ্ধগি অচংব শেল অরাং-অপা করি করি লৈরিব ঐন লোইন পুথোকচনি। শ্রাদ্ধ লোইরগ মুমিৎ অফবা অম য়েংহন মখোয়নীগি বিবাহ কর্ম্ম তৌব তারে।

চা— ময়াম্ব থিত্রিবৈদ মমাওম হায় লুহোংবসিবু ?

স— মড়ুগিদি করিস্ত্ন লৈতে, ময়াম্বগিস্ত্ন স্নপী চতিক চাবী অম পরপ পরপ হায়রুরগ পুম্ন হোঙব য়ানি। চংগদব শেলছু য়াবু য়ানরবদি ঐখোযন লোইন পুথোক্নি, মখোয় ঐখোয় ভাইশেল ওইছুন মুংশিনরগদবনিন।

য়া— য়াইমা !

য়া— তাচৌ।

যা— ঐন লু কোকলিবসি করিগিনে খঙলত্রা ?

য়া— খঙজদ্রি তাচৌ কদৌরগে হংব শংজদছুম।

যা— নপা লৈখিদবগি অরাব পাও তাব শংদন ইনাওদি মুংভাইম লৈরম্বেদা।

য়া— কদায়দ করম্ন লৈখিদ্রিব বাজিবো ? অওইত্রনে ইমা ? হা তাচৌ, কয়ানি শুরবগে ?

যা— শ্রাদ্ধ হংচিংনি থাবাদ শিরম্বনি।

য়া— করম্ন তাচৌ, করি ওইম নাছুন ?

যা— মীম ফুছুন নাবদগি শিব ওইরমানে।

এস: আই:— নত্তে য়াইম, খুড়াহু মথন্দ মথরাই মুভাইতবদগি শিজরম্বনি। মীন ফুছুন শিব নত্তে, ঐ থাবাদ মুমিং অছু লেঙ্কমা মুম্ন খঙই। ডাক্তরম Post mortem examination তৌবদস্ত্ন মথন্দ শিজবনি হায়। মসিগি মরমদ ইবুঙো যাত্রাশিংখোয় ইন্দোলখোয়ম উকীলদ শেল তিংছুম কেশ থাঙ্গংলিবছু অয়েম্বনি; শেলদ তিংছুম তৌক্নি।

থাত্রা—বাজিন লৈখিদবতু তাদস্তু ফুব রাওবিত্রা ? থামাদময়াম্ব ফুবদগি বাজি শিখিবনি, বাজি শিনব ফূ হায়তম ইন্সিনবন মেম্বর সাহেবনি। অহানবদ মংবু মতিক চাদব অভাংনি মচাসুপী পীবদি হায়রুসু খৈদেন্দ পুথোক্লু্ন খোঙ্গোইমনি নংগি নপা ওইবদগি ইপাদসু চৈ পীজতুন শিখিবনি। মংবু অমসুং নংগি নপাবু অতুক মুংশিরমদব মেম্বর সাহেবন হুজিক মচাসুপী নভোন্দ পীরগে শ্রাদ্ধগি শেল পীগে, নংগি নয়াম্ব ঐগিসু মুপী থিবিগে হায়রিবসি ভাব তারত্রা ? ইপা হাৎখিবগি লমন শিংনব কেশ অম মেম্বরগি মথক্ত ইয়াম্বন থাঙ্গৎলি। মতু লোথোক্লব তৌবিরকপ মদৎনি. ইচিনইমাও বা অরুব থর তাম্নগদব লৈ। পংচোপ চোপ্ন মুপীদ নোঙ্গব চুমদে। বাজিগি শ্রাদ্ধ হংচিৎনি। নং হুজিক অফা অপুম লৈত্রবদি নরুতু কোক্লব চৎসি লাও।

য়াই—(কপই) বাজি ! তলব খিত্ত চাব বাজি, লমহেমব মচা পোকপদগি অৱাব কয়া খাণ্ডতুম লৈখিত্রব বাজি !

তম—তয়াইমা। কপকে হায়রবসু য়ুমদ চৎলগ চিক্ল কপ্ল্চো, মীয়াম মমাংদ ঐসু য়াওরি কপ্ল ইকাইত্রাও ?
(য়াইম মপী তৈথোক্লু্ন কপ্ল থণ্ডতোক তোকই)।

চাও—ৱিপামচা মখোয়নী য়ুমদ চৎলম্মো', ইম বা থর ভাংনরকখিগে।

মে— চৎলম্মো' চৎলম্মো, লমতু শেংদোক্লন হোৎনরম্মু, ঐখোয়সু লাক্কে। অয়েম্বদ মরিল থাগসু মীন হায়জিনব থাজক্লম্ম, ওইজব থণ্ডউ ইচাশা। মংগি বাজিতু ঐগদি চাম্নখ্রপোৎনি,

পাইজ্রং শান্নমিন্নৈ, থবক চৎমিন্নৈ। মাবু ঐম হিংচাবম্বু নত্তুন কন্নিগি পংথী থীন তৌরুদগে। মীন হায়ব থাজরুমু।

( মচিনমনাও থুরুম্মগ চৎখি )।

ইতৈমন শ্রাদ্ধসি কয়া চাওন শোন্নিংইব ?

চাও—লৈজদবগি তৌবনি অজ্ঞা।

সনা—ঙসিদগি ইনম্ম লৈজদবগি যাদু তাহল্লমু। ঐখোয় লৈন্নিবসি থঙজ্রাও ?

চাও- কুপানি অজ্ঞা।

এস: আই: অঙাংশিংসি মন্নিংজেলবু থন্ন থাদোন্নিদ !

চাও—ঐন হায়নগ লম কেনব ঙম্মোই ইবুঙো।

মে— শ্রাদ্ধগি শেলবু কনাদগি পূকন্নগে ?

চাও—হিঙ্গোলদু লুপা ২০০ দ বন্ধক থমইব।

মে— বন্ধোক থমউন্নমু, লুপা ৫০০ চংন ঐন শোনবিন্ননি, ঈশৈন্সু ঐন শক্কনি।

চাও—কুপানি অজ্ঞা। ( থুকমই )

মুমিদাংবাই লম্বীদ শ্রাদ্ধ চৎনুবগি হল্লকপদ নিপা ২/৩ পোৎ ময়োম ময়োম পায়দুনা য়ারী শাদুনা চৎলি।

১--- পাম্মুইদ সত্য, তাতোম্ব ইবুঙো, নংগুম মী লৈবাক অসিদ তাঙব জাৎনি। পুলিশনা পেরুক চাবা শেল চাদব, শোৎতুনা পাল্লগ মুংঙাইনা হিংব, ধর্ম্ম কায়দব মী অতোপ্প অম থিব ফংলরোই।

২— ঙসিগি শ্রাদ্ধতুদ দক্ষিনা, তল, মিথাই, ক্বা য়েনবদ ঐনবু ব্লেক মার্কেট তৌগে হায়রবদি সত্য লাইখ্রেদা। লাইরৈবাক্তা তাতোম্বনা উখিদ্রা হায়বগি ইকাইবনা পৈশা য়োং তোংবী অমম্বাও ঙসিদি য়েপলক্তে। অফব মীগি কর্ম্মদি পুক্লিংসি নত্তব তৌনিংদে। মীজাব বাবুগি শোরাৎ ওইযু, মতু মচা তুম্নব লৌরগ লমন খুম্নিংই হাযবা। পাম্মুই তাতোম্ব ইবুঙো।

৩— পাম্মুরুম্মু পাম্মুরুম্মু, তাতোম্ব হিংলম্নবদি মচা য়াইম তাকু অরাব তায়মগনি, থবক ফংলোই, শেৎপ চাব মনিং থুংদন নোং চামবগ লম্বীদ ঙাহৌ ঙাহৌ নোংজু মুংশা থাক্তনা নোংবান শাদুনা থোইবী ঙাইদুনা লেপ্লদ মকলাপ চোক্লোইদ্রাও? মথরাই অমনব য়োম্লোক্তুনা মচা অহনব অনীবু শেম্লমইবসি সত্য ফজদ্রাও, নিপা থোক্ত্রাও? ইচাবু মুংশাদ য়াইফৌ থাদুনা থবক কোইথি থিহনা, পিথাদোইগুম লৈরক লৈরক্তা

থাদোই কৌত্নন কোয়হন্দোশরুক মম্নব হকচাংসি ইচাশিংশি-দমক বলিদান তৌখিগে।

১— তাকু য়াইমসি মরাইবক্তি ফব জাংনি, ফজখ্রে নুপীমচাদু।

২— মশক অতুক ফজবদুন মপাগি মমাই ভাক্তুন থোইবিগি মতৌ তমদন তাকুদ লৈয়ু য়াবে হায়রিবসি ফজখ্রব নুপীমচাগি লীচংনি।

১— মখোয় ইমুংগি মবুক থর নেম্নব তৌরিব তাং চাননদি লৈয়োইদোরিব্রা থভদ্রে।

২— থাজরুন্নু মশক অতুক ফজবন নমথাক তৌব হৈব হৌনদে।

৩— মেম্বরগি নুপীদু মশক ইংখ্রে, লেমখ্রেদা মসিবু মচিন কল্লি হায়রিবসি ঐদি থাজদে।

১— তাধন থাজদব অচুম্ব য়াম্ন লৈবো। চাওখ্রব সাহেবকি নুপী—কাম্নবোই থাজদে হায়নি চুম্ব জাংনি।

(তোম্বীম্নাবু চাওবীন থিন্দোরকই)

সনা—লুহোংবগি শেলস্ত ঐখোয়ন লোংন পুথোকচনি, কন্নিমস্ত চিন্তা তৌরুন্নু ইবেম্মা। লাকইব কালেনগি তৃতিয়সিদ শোইদনব তৌসি।

চা— তৃতিয়াদি ভসি ২০ মুক ন্নাংনি মানেকো?

স—২০নিমুক ন্নাংলমখিনি। ভসিগি শ্রাদ্ধতু মী পুম্নমক মুভাইদ হায়নখ্রে।

চা— ইশৈবু ইথা থাজদন ওস্থোক্ল মুভাইখ্রেদ, মী পুম্নমক থুরুম্বদ পাংচংদ চংনখ্রে।

স—কদাইদগি ইনম্মা হৈপোৎ নত্তে। মথবাইন পামজবগি ভুক শকপ হায়বদুনি। মাগি হায়বু প্রেম ফব, ইশৈদু শকপদ কপ্প ঙমব মদুগিনি মাবু শ্রাদ্ধদ ইশৈ শকপিয়ু হায়দুনা তায়রিবসি। চাবস্ত মী পূন্নমক্ক পেন্নব চাখি, শ্রাদ্ধ হায়বু অদুমঙাইদা ইনম্মা।

চা— ইবেমশিংজগি কৃপান অদু য়ৌরিবনি।

স— নিপামচা অনিদুবু ইনম্মা, হায়ন তানব, খরা য়ারব্রাও?

চা— করিগি য়াদদগে ইবেম্ম মরাইবক ফব বাবো। য়াইমসিদনি লম খরা চেল্লিব, মাস্ত মপা লৈত্রবনিন—(চৎমিন্নখি)।

(মীতৈ ফনেক শেৎ ইন্নফি অপাব ক্রেপ ইল্লদুন তম্পাকলৈম শ্রাদ্ধদগি হল্লকই, য়াইমন মরু ইকোক কোক্লদুনা ফৈজোম অম শেৎ খোজা ফুরিৎ অম লিংলগ থিন্দোরকই)।

ত— বাজিগি মোংফমদ ফুরা অম শানি, ফুরাদুদ লৈখিদ্রব বাজিগ ইণ্টরভিয়ু তৌরগ ইমানি লুহোংব য়াই য়াদে হায়ব হংখিনি অসি নত্রাও লুকোক নংন হায়ারিবো?

য়াই—মানি লৈম শকফজবী।

ত— নংগিসিবু ইবুঙো, ঐন নহালবাই তৌখিব নিঙাইদুগি লমন শিংলিব জাৎলাও?

য়াই—নচ্চদে কদায়দগি।

ত— নংবু লম হেল্লোই, ঐন হায়ব মথৈ ইঞ্জনি, য়ৈদুন রা রক্লফাও ইথুং হঞ্জরোই হোয়দ হায়বিয়ু হায়খিবদাই

য়া— হায়জখি।

ত— মংম নবুক তপ্লনি হায়ব৻দদি ঐন ভাওজব লম হেন্নব য়ারশি হায়তুন ইথবাইসিন য়ানিংদ য়ানিংদন য়াযগে খল্লুমে। অতুগ হুজিক নংন লম হেল্লতুন কেথোক্লতুন ভাইখো, লৈখিত্রব বাজিদগি Permission লৌবগ লুহোংগনিকা হায়তুন পোং-লিবু করি হায়রিনো? শানিংস পোং শাব লৈতান ওইম লৈজরম্বী ঐবু বাবাজী শক্ত নভোন্দ লৈব য়ানব খোংহাম-বুল চফু শারগ মৈ ইকউরে। অতুগ হুজিক নংন খোংহান্নুম থম্ব য়াব য়েোংশুনী ওইযু য়াদ্রিবসি, ভাইখো নং মৈ ইকউরব চফুবু লৈতান লৈহৌং ওলহনব ভমগত্রাও? হা খুম্মুনে।

য়াই—লৈম নংবু হবেয়া লৈতান শাব চফুরাও?

ত— মুপী ঐখে য়দি লৈতান শাব চফুদগি হেনব জাৎনি। ইথবাই-সিন অমুক্তং মসি মঙাইরে হায়তুন থনখ্রবদি অমদ অমুক মিৎচিন য়েংবব জাং নত্তে। নংন থঙইব অদু মঙাই ঐদি য়াগনব জাৎ নত্তে, হোয় হায়গনখিত্রপোৎনি।

য়াই— হায়গন্দে।

ত— নং কাওদ্রদনা?

য়াই—কাওজদ্রি।

ত— হোয় হায়গন্দবা ঐন হোয হায়গৎলক্লবদি নং ফাগি তৌ্র ঐ জাৎ অমান।

য়া— ঐ লোয়ন থঙজে, য়াম্ন কিজরি পোৎনি।

ত— কিরিবগি অর্থ করিনো?

য়াই —মুংশিজবমনে।

ত— মরৈ ভোজব মন্তে। লৈথিব্রব লাইবক থীরব ইপাছুন লম হেল্লব ঐবু মভিক চাদন থা লাম্মুই হায়জুন শাগুজুন আত্মাঘাট ভোরম্ব য়াই। অদু ওইরবদি মথবাই থাব পান্মুদন মচা বায়ক্লম্ব মিপাদুবু থৌশাদন ইভিক·চাদব ঐম নংবু কয়ম্ব—।

ত— নংন নখোয় বাজিদুবু অদুক মুংশিরিব করিগিনো?

য়াই—হিংলিভৈদ বাজিন হায়ব বা ঐ কয়া ইলহৌদে মরম অদুন মিংঙম-হৌদব ওক্তব মচ ঐন লৈথিব্রব মতুং অসিদ মান হায়ব ইন্নিংই।

ত— মদু অচুম্ব বানি য়াইম। নংন লৈথিব্রব নপাগি খঙহৌব্রব পুকচেলবু খঙনিংদুন নংন মুংশিজরব মুপীন থেম্ব কাওবা খাংইবদু থাগৎনিঙাইনি। নতৌ উৎদগি লম তেল্লবী মুপীমচা ঐস্ত্র পাবুংগ ইমাশিজগনা হায়ব ইন্দুন ঐন লৈবদ মভিক চাদব মঙোম্দ য়ুম পাল্লগে লেপপুরিবনি। ঙাইখো ঐ বা অম হংগে।

য়া — হংবিয়ু করিনো?

ত— নংবু য়ায়মদব পাবুং অমস্তুং ইমাশিন নখোয়গি বাজি লৈ-থিব্রব মতুংদ নঙোম্দ ঐবু থাজরগে খল্লিবসি করিগিনো। মদুগি মরম খঙব্রা?

য়া— চপ চাব মরম খঙদে।

ত— খঙদব য়াই। ঐস্ত্র মদু খঙদে। অদুগ খঙব্রবস্ত্র নংম থাজব য়াব, ওইরম্ব য়াব মরম করি লৈ।

য়া— থাজব মরমদি নখোয়গি পাবুংন লৈথিব্রব বাজিদ অম্ভানম্ব ভোথিমানে খল্লি। মদুগি লমন শিংব ওইন ভাথীরম্লব ঐবু পাবুংন চানবিব ওইরমানে।

ত— ঐসু মতু থাজৈ ভায়া য়াইম। নং শাওসু ঐ অশেংব ওইরম্ব য়াব বাতু হায়দোকেকো। ঐদি মরক ময়াদ বা লোৎতুনা শাংব হৈনদে, নংম শাওগদব ওইরবদি ঐ য়ারোই।

য়া— করি শাওরুদগে।

ত— হুঁ, ঐ থাজফাত্তে।

য়াই—ইথবাই থাব কিদন মুংশিজব নংন হায়বদ ঐন শাওগদব মরম পৃথিবীদ লৈব হৌনদে।

ত— অওইব্রাও?

য়াই—অওইবনি।

ত— অত ওইরবদি হায়রগে মখোয় ইপল তাতোম্বদো ঐখোর পাবুংন য়ৈবদ থুং খাংদন শিখিব ওইরম্ব য়াই। মতুগি থুং পেলহৌদবত্ত ফনব মতোন্দ ঐহাকপু থাজরগ নংবু য়ৈহন-গদোবগি ওইরম্ব য়াই।

য়াই—ঐন নংবু য়ৈবা?

ত— No sir, মতুগি ওন্নব তৈনব নংবু ঐন য়ৈব। নপাদ ইপান য়ৈব পেলহৌদবগি মতোন্দ ঐবু য়ৈহন্দুনা পাবুংগি মনিং থুং-দোরিব ভাব তারব্রা?

য়াই—তারে। (বাখল তৌই)।

ত—শাওমিংব্রাও কমদোই? (মুম্ন খল্লগ)।

য়াই–(মোকফেৎ) শাওমিংদে। (মুম্ন খল্লগ) মংম অত্থন্ন ইশেং শেংন হায়দোক্লগ পুক্লিংসি থম্ব বাইশংবগুম তৌই।

ত— য়াইশংব কৈ, য়াখলগি অতিয়াদ মোং মংচুম সুম লৈয়বদি থবক চৎকম শুভম খঙদবনি। মত্তে, নংবু হয়েং চৈ ইখাং খাংদব জাৎলাও ?

য়া— মী ফুব খিদ্রিবাও ? মখোয় ইপা ইচাম ঐখোয় ইপা ইচাম পংয়ৈদ য়ৈব, মাইথীবম অয়ৈব মখোয়। মীম থুৎ হল্লবম্মু পংয়ৈদ য়ৈবসি চৈ চারিব মীচুমদি নায়ক্তুচুমা চৈ পায়ব মীচুম মথয়াই মাব মতম লাকমানেদা ?

ত— তাইবঙ্ মীনিন মচুবুদি লাক্কবদি কো ! চৈবু খাঙব কল্লবদি কমেন্দ অমুক্তুং কমগল্লি— ইতিহাসম হায়ব য়ানি। মখোয় বাজিগি মোংকমদ শারিব ফুয়া মচাচু কদোইঙ লোইদোরি ?

য়া— ঙসি তয়ানিমুক্কি মমুংদ লোইয়নি। মচু লোইয়বদি ঐ য়াই শংননি। অশামনবু পীনিংঙাই লৈত্রি।

ত— চৈ খাংব ঙম্ব মুগা ঙবোং নংগি শেল য়াৎপ হৌনদে।
(খুদোপ অম পী)

য়া— (লৌয়গ) খঙত্রে ইবেম্ম লৈয়ে নংগি নয়লন খ্বাংবু কোইয়ে।

ত— অসাইচু শাওনিংদেকো ?

য়া— কম শাওনিংব য়াব য়ানি। অচুবু নংন হায়য়গ ইশাও শাওনিংত্রিবসি কয়িগিনো ঐ খয় ঙকই, খয়দ নত্তে, য়াম্ম ঙকখ্রে।

ত— নংন ঙকইবচুগি ময়মসি ঐমক্ত তাকপদি কত্রে। নমায়ব অমদ অমুক্ত হংউ ইবুঙো, লৈহৌয়ো লৈহৌয়ো বাবাজি।

য়া— অসয়াই কাওব থিঞ্জখিগে ইয়ৈ লৈহৌনিংদে।
(মকোক নাঞ্জে, চৎমিয়খি)

---

অতোম্বগি মোংকমদ ফুরা মচা অম লৈ। মৌন হোওবগি ভেক, থোইদিং, লৈ পরেং, হৈরুক তাঙ্গ ··। ধুপ দ্বীপ থানব উই। মুমিদাংরাইরমদ চাওবী, যাত্রা অমম্বুং মৌ অনৌবী (যাত্রাগি মুপী) মখোয় অহুম ফুরা কোয়রদ মপি তান চাওবীন হংদুন ইশৈ শকই।

ইশৈ—

ধন মর নিত্যাইনন্দ
পতি মর গৌরচন্দ্র
প্রাণ মর যুগল কিশর।

( থুরুমনৈ তমক )

চাওবী:—নিপামচা মখোয়নি য়ুমদ চৎলো। মনাওচু সমধ্যা য়াচংবগি থুরুম্নবো হায়দুন থারকউ। ( মখোয়নী চৎখ্রগ ) মতম পূন্নমক্ত সুংঙাইদুন লৈয়ু তাকপিরম্বদো হ। ইবুঙো নমাওন কাওজদেকো পুকফবা। ঐদি মুংঙাইরে ইবুঙো, ঐদি মুঙাইরে। ইবুঙো নংন লৈখিদবন মরম ওইদুন নচা অমন ময়ুম পাল্লে, অমম্বু পান্দোরে। নচা অতোম্ব অঙাওবম্ব পামজব মুপীহ ইবুঙো নংন নশা য়াওদন হায়বিদুন হুজিক্তি পীবিরে। নচা অনীগি মনিং থুংলে, মুঙাইবন পন্দোল লোম্মে ইবুঙো নচাশিংন মুঙাইরবনিন ঐস্থ মুংঙাইজরে। লাইরৈবাক্তগি ইবুঙো নংন য়েংথবিরগ নচা অনীগি মতৌ

উরগ নুঙাইবিরোকো পাম্মুব। নুঙাহব হায়বত্রবু অসিরাও? হা ইবুঙো থরাইজাও পাম্মু নশক উব কংদন হন্দক মপোক অসি মতৌ অসুম্ন মুংঙাইদোশরুক হৈনা অতুং ইপ্পুরক্লো হায়দুন তাকপিরকউনে ইবুঙো। চাকইদকো ঐগি থরাই অসি চাকইদকো। নুমিৎ মঙানি তরানিদ ওইরবসু লাইকন্নব কংজরগ কাইনরবদি থরাইসি পেনগদবনিকো শরিশো। ক্যা ইবুংঙো নংন কয়া রান তাইবঙ থমমুং লোয়রবদ চেল্লিম বৈতরনী হায়ব তুরেলদু লাল্লিগবা। নমাওদি থনখদ চমন্ন-রেনে ইবুঙো। পাম্মুইদা, পাম্মুইদা! হন্দক মপোক অসিদগি ঐগিদি লোইরেদকো! ঐ মাঙজরেদকো—।

(লৈবাক্ত তুথি, ওল্লি। য়াইমগ বাবুগ লাকুন মুন্না থুরুমই)

বাবু—ইমা ইমা! ওক্লে ঙহাক কপ্লহুন ওক্লে। বাজিন লৈখিদবসি অরেম্বদ লৈখিদব নত্তে। মচা নুংশিব বাজিন হিংহুন লৈনবুাদ শিরগন হেন্ন মচাগি কান্নহনব ঙম্নগনি থঙলহুন হরাও হরাও শিখিবান থাজবিযু ইমা। করিমত্ত ঙাবিরুমু, বাজি লৈত্রবসু নচা নিপা অনী নুঙাইন হৌরক্লি ইমাগি করিসু বানিংঙাহ লৈতে। শিব হায়রবসিদি মী থুদিংমক্তি তোল্লিব লমন ঙাক্তনি। মতাং চান মরম চান বাজিন লৈখিদ্রিব অসুম্ন শিববু ফংনি হায়রবদি করিসু রানিংঙাই লৈত্তে। লাকও যুমদ চৎসি ইমা।

(মখোয়নি চংহুন মমা চিংখৎলি)।

চাও—য়াইমদি ইবুঙো ?

য়াই—ঐ য়াওরি ইমা।

চা— লম হেল্লসুকো ইবুঙো মতুং অসিদদি।

য়াই—হেল্লোই ইমা! হেল্লরোই।

চা— তুসন্ধ্যাদ মপা খুরুমগদবনি মুক্তিগি। হুজিক য়াচংবগি খুরুমজিব নত্রাও ?

য়াই—খুরুমজরগে লাকইবনি ইমা! ইতাওগ য়ুমদ চৎমিন্নরম্মো, ঐ ভহাক খুরুমজহৌথিগে।

চাও—খুবকউ, ইমাসু কোকসি খর ভাওরি ভাওরি তৌই। ইমাবু খর শম্মু বাবু। (শমতুন চৎমিন্নখি)

য়াইম—(মথন্দ ভাহরগ ফুরাদ ওন্সিন্দুন খুরুখুদক কুল্লগ) অহিংবগ অশিবগ শিরব মতুংদ মরী পূমতৎ তৎনত্রবদি, অহিংবন তৌব খবক অশিবন উরবদি বাজি'দমক কৎলিব ফুরা মচা-সিদ বাজি লৈবিরম্ব য়াই। ঐম ভাংলিব বাসি তারগা থু'ম্বমক য়াত্রবসু মভদ নত্রগ তাইবঙদ করিগুম্ব ইঙ্গিৎন নচাবু চানবিয়ু। বাজিন লৈথিত্রব তুংসিদ মচা চিংউবগি ঐবু হাৎকে হায়রম্ব মাঙ্গোলজাও মেম্বরন মচানুপী পীরগে থেম্মে। তাচৌগি লুহোংবদ চংব শেল, বাজিগি কর্ম্মদ চংব শেল মখোয়ন পুথোকপিবা ভাক্তনি। মখোয় মচানুপীসি ঐভোন্দ পীরগে লুহোংবগি শেলসু পুথোকপিনি হায়রি। বাজিন য়াবিত্রবদি ঐদি লৌরোই। অতুগ কদি কজরেদ মসিগি মুপীমচাসে বাজি। বাজিগি বা অম তাদন ঐম

হোয় হায়গদবসি — মত্তে, ভাব তাদম বাজিন লৈখিদবত্তুন চিংমখিবনি ; অদুবু নত্রবদি কমিন্নু বেমা তোবিরোই খঙজে।

তম্পাক—(ফুমা মরুমদগি) মথমাইনবু পাম্নবদি ইচাসিদি বেমা লৈতে।

( য়াইমন ওক্লেহুন কোইম য়েংই, তম্পাক্স মোককেৎ মোককেৎ লোংখতু উবদ মথুৎ পায়দুন চিংলগ )

য়া—ওসিদগি ঐখোয়দ লৈরুব তাবে, লাও চৎসে।

তম্পাক—মাই ওম্মোই, মখোয় অহলন য়ান্ত্রগ ইকাইনি। (খাঙই)

সনা অমম্বুং মেপ্পমন থিব লাকপদ উমদুন "কমিনে। কমিনো" লাওমকই।

য়া— মমাই ঐখোয় চেপ্পমিব।

( মখোয়নীন খায়দোক্লগ )

সনা—মুপীমচা, মশান য়ামত্রাও ?

তম্পা—ইমাশি, ঐদি সীমঙাইয়ে। ( ইকাই )

মে— মরে, মখোয়না নরাইবক্ত তম্নব হায়দুনিকা নুংহোংমব মা ঙাংনকুসি চৎসি ইচেখোয় অমুক্তিদা

( চৎমিন্নখি )

